*I ı Amadı Umang* a collectıon of Manıpurı poems wrıtten by K Kulladhwaja, publıshed ın 2012 for the Wrıters' Forum, Imphal-795 001, Manıpur



অহানবা ফোঙবা ° ২০১২

মখুম যেকপা ° য়ুম্নাম গুনিন্দ্র সিংহ

লূপা ১২০/-

**অইবগী ফোঙথ্রবা লাইৰিকশিং ঃ**

১। বোজেন (ডিটেক্তিভ উপন্যাস, ১৯৭৯)
২। অমম্ব মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (উপন্যাস মচা, ১৯৮৩)
৩। ইম্ফালগী মৈ (শৈরে৲, ১৯৯০)
৪। থৌবী অমসু৲ শামু লমশা (শৈরেং, ১৯৯৬)
৫। কূমগী নো৲হৌ (নুপী অইবীশিংনা ইবা ৱাবীমচাগী খোমজিনবা লাইবিক, ২০০৮
৬। য়ুখল (উপন্যাস, ২০০৭)
৭। বিহাইন্দ অ কটিন (মনিপুৰীদগী ইংলিসতা হন্দোকপা শৈরে৲, ২০১০)
৮। ইবৈবাক ইবমদম (কবি খবনা ইবা লৈবাকনিংবা শৈরে৲গী খোমজিনব লাইবিক ২০১০)

প্রিন্টি৲ এন্দ পব্লিশি৲ দিবিজন, বাইটর্স ফোরম, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌবগা ৱিজদি ওফসেট প্রিন্টি৲ খাঙ্গপোক মপাল ইম্ফাল ৭৯৫০০১ দা য়েন্না।

## ৱাহৈ খনদং

শৈবেং যাম্না ইখিবা মতম লৈখি ইখিদবা তমসু লৈখি। নাইনটিজগী মতমদা যাম্না ইবক্মী ইং কুমজা ২০০০ গী মতুংদদি কয়া ইখিদ্রে, ইববসু য়াম্না লীক্রা ইখি হাপু তুপুগী শৈবেং মযাম অমা খন্দোকপ্রবা মতুংদা ইশানা পামজবা শৈবেং খবা খনগৎলগা ঐগী শৈবেং লাইবিকসি পুথোকচননি। মকোক্তগী অসুম খনগৎলকপদা ১৯৯৪ দগী ১৯৯৬ ফাওবা ওইখি। ১৯৯৬ কী মতুংদা ইখিবা শৈবেং খবসু হাপচিঞ্জখ্রে। শৈবেং লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ঐগী ইনাও ইমোজিৎ নীঙোম্বনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবগীদমক থাগৎপা ফোঙদোকচবি। ব্রিজদি ওফসেট প্রিন্টিংগা ইচিন ইনাওশিংবুসু থাগৎচবি।

পাক চাউববা লৈখল শুনা শাৎলবা মনিপুরী শৈবেংগী লৈকোলদা কবিসু লৈত্রবা ঐহাক অমগী শৈবেং লাইবিক অমা পুশিঞ্জদুনা লৈখল লৈচু কযাগী মবক্ত শাওহনখিবগী থবক অসিদা রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী অচৌবা থৌদাং লৈবির্বনি। মবম অদুনা রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী থৌদাং পুবিবিবশিংবুসু থাগৎতবা ঙমজদে।

অরোইবদা লাইবিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মকওইবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী মকপ মপাং পুম্নমকপুসু থাগৎচবি।

*কে কুঞ্জধ্বজ*
তাং ২৮-০২-২০১২

# সেক্রেটবিগী ৱাবোল

বাইটর্স ফোবম ইম্ফাল অসি খৃষ্ট কুমজা ১৯৮৮ সেপ্তেম্বব ৩দা লিংখৎখিবনি। মদুদগী হৌজিক ফাওবসি থোইনা পংশাং শাংদ্রিবা মতমনি। মসিগী তেল্লবা মতমসিদা ফোঙলক্লিবা লাইবিকশিংসি মশীং ১০০ হেনখ্রে। লূপ অসিনা হেক লিংখৎখিবদগী ঙসিফাওবদা লেপ্লা লৈতনা অইবশিংগী মতেং পাংদুনা লাকপনা লোযননা লমদমসিগী খোবিবোল নাৎ অমসং মশেল চান্নন। লৈমিন্নবগী মাযকৈশোমদা পূক্লিং থিংজিন্দুনা লাক্লি অমসুং খবক থৌবম কযা লেপ্তুনা পাযখৎলক্লি। লূপ অসিনা মফম-মতমগা চান্নবা তোঙান-তোঙানবা হীবম কয়াদা থৌবম কযা হাযবদি ৱার্কশোপ, সেমিনাব, সিম্পোসিযম, ইন্টবেক্সন সেসন, লাইবিক ফোঙবগী ট্রেনিংনচিংবা লেপ্তুনা পাঙথোক্লি।

ফোরম অসিন মশাগী মেম্বব ওইনা খনগৎলবা অইবা মেম্বরশিংগী লাইবিক ফোঙবগী থৌদাং অসি যাম্না হকচিন্না লৌবদা নত্তনা, লাইবিক ফোঙবা নুমীতং লাইবিকুগী মবমদা নৈনবগী মহুত্তা অইববু শক্তাকপগী থবক [illegible] চঙশিল্লি অদুগী মতম খবা লৈবগা অতোপ্পা মীফম অমমুক ফমদুনা লাইবিক অদুগী মবমদা [illegible] খন নৈনবগী থবক পাযখৎলি। মদু ফোবম অসিনা [illegible] অহুমগী চেকেংঙ সাহিত্যগী পাউদা অমক হাপকনি।

হন্দক ফোবম অসিগী বেনব মখাদা পুথোকচনদৌরিবা কে কুল্লধ্বজগী শৈবেংনী লাইবিক **"ঐ অমদি উমং"** অসিনা লূপ অসিগী ১১ শুর্বাং। মসিনী মখত্তা কে ভনবগীদমক শেঙ্গং পীথ্রবা অতৈ খবসু লৈরি। কে কুল্লধ্বজ ফোবম অসিগী [illegible] ইম্ফালনী মৈ শৈবেংগী লাইবিক অমসু পুথোক্লবা [illegible] দক্কী শৈবেংগী লাইবিক অসি [illegible] বেনব অসিগী [illegible] পুথোকপদা অনী [illegible] লাইবিক [illegible]। লাইবিক অসি নৈবাক [illegible]যামদা নোল্লুক্লা লাহোকচবি।

*ইম্ফাল জুন ৫ ২০১০*

সি ব্রজেশ্বব শর্ম্মা
সেক্রেটবী
*বাইটর্স ফোবম ইম্ফাল*

# কংচবা



***Konsam Budhi Singh***
Born On 6th November 1929
Expired on 23rd November 2009(Poinu 6ni panba)



***Konsam (O) Ruhini Devi***
Born on 1934
Expired on 1st April 199১
(Shajibu Nongma Panba)

*বাপা / ইমা*
*ঙসি ঐনা হায়বা*
*ঙসি ঐনা পৃথিবীগী লৈমায়দা চংলিবা*
*নখোয়না থাইবন্দা ফাওহনবিবসুদগীনি।*
*ঊনা ঊনা শকমা, নঙ্গবানি নখোয় অনিমক*
*কংচাবী মোনা ঙসি নফমদা*
*নচাগী ""ঐ ঋমাদি ঊমং""*

কে কুলধ্বজ

# কদাযদা কবি

# য়োৎপী অমসুং নুংধং

নুংধং,
নুংধংশিংনা লেপ্তুনা য়ৈশিল্লকই থাজিল্লকই
য়োৎপী মকোকশিংদা।
চৈক্লুশিংদু খাঙল খাঙলদুনা
চঙখি অসুম অসুম
য়োৎপীশিংনা মখূল শেন্ন শেন্নদুনা।
চহী কয়া চুপ্পা থাবক্লি নুংধংশিং
ঙসিসু থাবি কোক কোক।
অহীং তাংলৌ থেঙলকালদা
তাবি য়োৎপী থাবগী মখোল অমখক
য়োৎপীশিং কিথী কিকম্লনা
তুম্পক তুম্পক তাশিন্দুনা লৈনখি
মিস্ত্রিগী খাউ মনুংদা, অদুদগী
লাউ-খোংলদুনা আন্দোলন হৌবকই
"ঐখোয়গী কোক্তা নুংধং য়ৈগনু।"
অহীং ফাওবদা লেপ্তুনা
থবক শূবন্না মিস্ত্রিগী
থবক মপূনা শুগাইবিগ্রবা মখূৎতুনা
শাউনা হূমজিল্লকুনা
য়োৎপীশিংদু লৌথোবকই খাউ মনুংদগী
অদুগা লাক-লাকুনা লংখোকখি
ঈশিংদা, নাবক যোংশোংদা।
লংথোকপিগ্রবা য়োৎপীশিং
কোক্লিং কাশল্লকই নোংম-নোংমগী। ☐

ঐ অমদি উমং/১

## লৈখোম

চবেং চবেং নেংশল্লম্মী
শা-ষণনা অমদি মীনা,
অহোমবা লৈখোম ওইবকই মমৈথংদা।
নোং হাংখ্রবা তুংদা
অয়াকপা নুংশানা ফৃথবকই মালেমথক,
মতমসিদা
চনেংনবম্বা অহোমবা লৈখোমশিংদু কংশিল্লক্তুনা
লৈবাক লৈতঙ্গায় ওইবকই।
খেক্লা খেক্লা নোক্লকই
লৈতঙ্গায়শিংনা
লক্লবকই লৌমীশিংদা,
খোঙউপ তোংদবা মীশিংগী
মখোঙ খোঙয়াশিং
থিনবাংপা হৌবকই।
খৃদি থী থীদুনা তুশল্লকই বোম বোম
লৈতঙ্গায়থক্তা, শা ষণশিং মীশিং। □

## পুন্সিগী হিনাউ

নোংলীকশিংনা কৃথবক্তুনা লেপ্তুনা
মমায় ইচাম চান্নে মালেম লৈমায়থক।
নোংলীক কোতি কোতিনা
লিংজেল মান্নবা লাউবদুনা লান্দাবকই।
ঈশিংগী ঈশিংমক্তা ঙাইশল্লকই
লম্বী-লমহাঙ, সহব দুকান
তাউথবকই হনুবা হনুবী
অঙাংশিংদি শান্নবি চেন চোংলদুনা
"নোংও চুথবো,
লাংজিং মতোন থৃমহৎলো।"
হিনাউশিং তাউথবকই
তাউথখি অসুম ঈপাক তম্মা,
পুন্সিগী হিনাউনি
তাউথরিবা মতমগী ঈচেলদা।
কাওশিং কয়া হিনাউ কয়া
লুপখি অকনবা ঈবৈ থেংনবদা।
হিমায় চুম্বা হিনাউশিংদি
চেম্ব্রখি অসুম্মক চুম্মা।
নোংলৈ নুংশিৎ শীৎলক্লবসু
ঈথক ঈবৈনা কনশিল্লক্লবসু
মাঙহনবা ঙমদে কবিসু
হিমায় চুম্মা হোল্লিবা
পুন্সিগী হিনাউশিংদুদি অপীকপা। ❑

ঐ অমদি উমং/৩

## পোথাফম

নোংমৈ'
ঙসিদি ঐহাক চোকথবে
নহাক্কী নমিং তাবদা
নহাক্কী মবমদা শৈবেং অমত্তসু ইনীংদবে।
অদুনা নঙ ঐ ওনশিন্নবগুমসি
ৱাবী অমত্তসু শানবগুমসি।
চংলো নঙসু নঙগী মায়কৈদা
চংলবনি ঐসু ঐগী মায়কৈদা।
লৈবু ঐনা তাথীকই
লৈকোলদগী লাপ্পা চংলুই
লৈ হৌদবা লৈকংল্যাগী লমদমদা
খুত্তা খুৎলায় পায়বদুনা
লাম্থেংনকই শাহীং চাবশিংগা
কয়া অমা মায়থীখি
কয়াবক অমা মায় পাকখি
মায়থীবা অমসুং মায় পাকপগী
অৱা নুংঙাইগী ঈথিলনা
হুমদুনা পুকই ঐগী পুক্সি।
লান লান লান
মালেমনা হেক লৈবকঙৈদগী
মীওইবা কৌবসিনা হেক খুন্দবকঙৈদগী
ঙসি ফাওবদা তৌদুনতা লাক্লি লান
অদুনা চোকথবে ঐ লানগী ৱাবীদা
লানগী ৱাবী তানীংদ্রে
লানগী ৱাবী ইনীংদ্রে।
হৌজিক্তা তাখি
বোম অমসুং নোংমৈগী মখোল

অদুবু মদুদা ঐ কবিসু নাচুংলুদ্রে
খল্লক্রে পৃক্রিংসিদা
বোম নত্তে বস্থূলানি
নোংমৈ নত্তে পোক্লাউবীনি।
ওইবন্নবসু বোম, ওইবন্নবসু নোংমৈ, শিবন্নবসু মী কয়া
ঐ কবিসু কপ্পবোই ঐগী মী শিবগী
ঐ কবিসু হৃবাওববোই য়েক্লবা অমা শিবস্বগী।
লৈহৌবে লৈকোলদু
পৃক্রিং শান্তিগী লৈকোলদু
থাপ্পা য়াম্না থাপ্পা।
লৈ হৌর্দবা লৈকংলাসিদা
নীংশিংলক্রে ঙসিদি লৈশিংগী ৱাবী।
ইবগে ৱাবী, তাবগে ৱাবী
লৈবাং খোইমুত্না থল্লবা লৈকোল লৈকোলশিংগী।
নীংথিজববা লৈকোলগী ময়ায়দা ফমদুনা
অঙাংবা অঙৌবা হঙ্গামপাল
মচু মচুগী আতবগুলাপশিংনা শাৎলিবা
য়েংজবদুনা কুবাকশিংগী কুম্মৈ
ইগনি ঐনা শৈবেং
লৈশিংগী মবমদা
কুবাকশিংগী মবমদা
মদুনা শোয়দনা ওইগনি
চোকথববা থৱায়গী পোত্থাফম। ❑

ঐ অমদি উমং/৫

## নুমিদাংৱাইবম

স্কুলশিংদগী চেহ্লোবকই অঙাংশিং
লাউবদুনা হৱাওনা
য়ুমগী ৱাখলদা
অঙাংশিংদু ঙসিদি চাউবে
মখোয়না কবিগুস্বকান্দা নীংশিংলমগদ্রা
মখোয়বু তম্বীবকখিবা ওঝাদু, খুঙ্গংগী ওঝাদু
The Village all declared how much he knew
মতমদুদা হৌবস্বা উ-ৱা স্কুলগী অকোযবদা
ঙসিদি অমত্তসু লৈবমদ্রে
পুত্রি খোংবান
ঙম্নমক হোংলম্লে
শকফম ওল্লে।
স্কুলগী শঙলেনসিগী শকফমদি
হোংলমদ্রে কবিগুস্বঅমত্তসু
হোংলক্লিবা মশক হাযববু
অহল ওইশল্লম্লে, ফীভম থীবম্লে
অসিতনি।
নুংশিংনা অমুক, মুক হুম্লকপদা
নীংখায়খিবনি চেক্লোন অমমম
জোহনসিগী মীহুৎথোংদা উবিবা
আই ভি ভাইনগী ঊনাশিংনা
মথং মথং কেনখিবগুম।
ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী য়ূম
ঙসিদি ওম্থোক্লা হোংলে
পুমওন ওল্লে।

পুমথু থুগায়খিবদি নত্তে
অদুঙৈগী থাইনগী য়ুমশাদু
মশক ওলহল্লকপতনি
মতমগী মতুংইন্না।
নীংখায়প্লে ঙম্লা ঙসিদি
নীংতম্লা লেপ্লম্বা অদুঙৈগী অমনবা কোনুং
কনানসু শেম্বী শাবীখিদ্রে।
থোবকউ কবি অমম্বদগী
যেংঙু
যেংঙু চেবাং অসে ঙাংশঙ ঙাঙলে
অঙাঙবা চেবাংথক্তা
ইয়ু নঙগী শৈবেং
মতমগী শৈবেং।
কলম অদু ময়া থাংউ
অদুগা শেমউ ইত্তুনা কক্তুনা
ফীবাল অমতং নীংতম্বগী
যুংননবা মতমগী থোংজিন্দা।
চোইবোল
চোইবোল অসি তাও অঙা ওবসিংগী।
মানি হেমলেট হায়বদু অঙাওবনি
অপোকপী মমাদবু হেক্তমক তবায় তবায চৈবা
Frailty they name is woman
নুপীশিংদি মাইকেল এঞ্জেলাবু মশক খঙবনি
অদুননি মখোয়না ফজবগী সিম্বল ওইবিবা
অদুগা মখল মখলগী ফিজেৎকী লৈতেং ওইবিবা।
যেংঙু নুমিদাংৱাইগী মতমসিদা
অতিযা অসি অমম্বনা যোৎশিল্লক্লিবা।
অঙাংশিংনা মযুম মযুমদা
চেন্না চেন্না চৎখিদুনা

মমাগী মথাদা চোংশিন্নখ্রিবা
নসবী বাইমশিং থীবল্লগা
নুঙাইনা তূমখুল হুনখ্রিবা
নুমিদাংগী চাক্লেন ঙাইঙমদনা।
লৈচিল,
অমুবা লৈচিল'
নঙ পাইথোকখ্রো
লোয়ননা হুমদুনা পুখ্রো অহিংগী অমম্বা মপৈশিংসি।
অমুবা অতিয়া
অঙাংবা অতিয়া
ওল্লো ঙসিদি অশংবা মচু।
অশংবা শাডী শেৎপী নুপী অমা
জগোই শাবি থেক্ক থেক নৌগা নৌ
নুমিদাংবাইবমগী মল্লি মল্লিবা মতমসিদা।
নুমিদাং চাক্তাবা চেক্লাশিং
পাইখ্রসনু নখোয় অবাপ্পদা
লাও পোখাবখো অহীংসিমতং
হীপ্পদুনা অশংবা শাডীনা কূপ্পবা লৈমায়দা
মঙ মঙলখো অশেংবা নীংতম্বগী।
থকউ ঈশিং
ফিল্টবগী অশেংবা ঈশিং
অদুগা যেংউ
পোৎশিংসি নীঙোল কাদা লৈবিবা
মীংসেল
লীক্লি মচেৎ
অদুগা অযেকপা লাইশিং
তৌশিন্নবা যাওব্রা যাওদব্রা?
ঙসিদি
নুমিৎ অসি ব্রাতোন যৌবে

সহৎবগী লম্বী অসি গাডীগী গাডীমক্তা
ত্রাফিক জাম ওইবে।
মন্ত্রিগী গাডী
ওফিসাবগী গাডী
অদুগা পীওনগী
চৌকিদাবগী          ।
ওফিসশিং
মীনা ঙুং ঙুং ঙংখ্রে
হয়িংখোইনা লৈকোলদা ঙংবগুম।
ওফিস্তা অদুগা লম্বীদা
নহাবোলশিং
ফন্দ কলেক্সনদা মথৌ চিল্লি।
ওফিসাবশিং
পীওনশিং
স্কুল ওঝাশিং
মখোয়গী থবক
অদুগা এটেন্দেস বেজিস্তাব।
কবিদা খেন্নবা
কবিদা খেননদবা।
ছুটি থানখ্রে ওফিসশিং
নুমিদাংৱাইবম ওইবক্নে
অদুদগী নুমিদাং।
মতমসিদা অঙাংশিংনা
শান্নকুবদগী ৱাবদুনা
তূম্নখ্রে মম্যাগী মথাদা
নুমিদাংগী চাক্লেন চাদনা।
নুমিদাং চাক্তাবা উচেকশিংনা

হন্না য়েংলমদনা
অশংবা শাডী শেৎপীগী জগোই
নুমিদাংগী মতমসিদা
খোঙশানখ্রে
শকখঙদবা লমদম অমগীদমক
ইখৌ লাংলদুনা। ❑

## মঙলৈবাক

অসুক কুইনা লৈমিন্নবক্লবা
ঐ, ঐগী নুপী অদুগা ইচাশিং
লেল্লিবা পুক্সি মবেল
হিংলিবা মহীং
থাজবক্তে তাইবংগী থৌদোক্লি হাযবা।
মঙনি
তূম্বদা মঙবা মঙ।
মঙলান অসিনা লোইবকপদা
ঐ মীৎকপ থোক্লগনি
ঐ হান্নগী ঐ ওইবগনি।
মঙলৈবাক অসিসু
থাদোক্লম্লগনি
চৎলগনি
ঐগী লৈবাক্তা, ইযূমদা।
খাঙঙুথক্তা কেমথ্রবা মরূপ মপিজাশিং
উনবগনি ঐগা
হবাও তযাম্না নোকমিন্নগনি
থকমিন্নগনি চামিন্নগনি
অশেংবা তাইবংগী লীলাদা।

## অমুবা অমসুং অঙৌবা লৈচীল

মশা লূমথববী
অমুবা লৈচীলশিংনা
শীংনবদুনা মশা য়াংবী অঙৌবা লৈচীলশিংবু
পাইবি য়াঙনা লৈজবী থাদুনা।
নেমথবকই অসুম অসুম
নকচনীংল্লদুনা মালেমবু।
অচীকপা পামজবা অঙৌবা লৈচীলশিংদি
লাপথোকল্লি অসুম অসুম মালেমদগী
অদুগা মচোই মচোই চোইথোক্লুনা মাঙখি।
অমুবা লৈচীলশিং নোং ওনখিদুনা
তুমশনখি অসুম অসুম,
অবাম খৌবাংবা কোকহল্লল্লগা তাইবংগী
মাঙখি মখোয়গী হকচাংশিং। ❑

## তাঙ্গোয় ওল্লকপা

মমীৎ অনীদগী কাপথোবকই মৈবূলশিং
মহাক্তি লেঙদে হাইদে, মমীৎসু কৃপ্তে
অসুম্মক লেপ্তুনা যেংদুনা লৈ,
মৈবূলশিংদি লেপ্লা লৈতে কাপথোবকপা।
থেংলু থেংলুবা পোৎশকশিং
চাকথেক্লকই, তাঙ্গোই তাহল্লকই।
মথং মথং কাপথোবকপনা
মৈবূলগী মৈবূলমক্তা ঙায়শিল্লক্লে।
মালেমবু তাঙ্গোয় ওলহনগদবগী ঙাইবিবা মহাকসু
তাঙ্গোয ওল্লগনি কুইববোই।

## হোস্পিতাল

লংজা উমাইবী কয়া কয়া
কোইপাই পাইবি থিবি মচিঞ্জাক হোস্পিতালগী অকোয়বদা
লাকই অনাবশিং মবী মবী
পাইশিল্লকই শাহিং চাবা উচেকশিং
হোৎনবকই শেৎ শেত্নুনা চাগদবগী অনাবশিংদু।
কবিসু নত্তবা অনাবশিং
শাথীববা লায়নাশিংগী ভিক্তিমনি হায়জিল্লকই
মখোয় খুদিংমক ওপবেসন অমমম তৌথোক্কদবনি হায়বকই।
লাক্ষপতি ক্রোবপতিগী মচা অনাবশিং
নোক্ল নোক্লদুনা হনখি।
লযবা মচা অনাবশিং
কপ্প কপ্পদুনা হনখি
খবা অমদি শেৎ শেত্নুনা চাহৌই
উমাইবীশিংদুনা লাংজাশিংদুনা।
মমিৎ কোৎথোকহৌই মনা শেগাযহৌই।
হোস্পিতালগী অকোযবদু
ইহিং নাইহিংমক্তা ভাযহৌই। ❑

# দোলানগী চেক্লা

শহৱশিংদা চেক্কী দোলান মথোলশিংনা
ৱাংখৎলক্লি নোংমা নোংমগী
ৱাংবা তান্নবি।
অমুতোম্বী মমা মচাগী খাংপোক্তি
থুঙ্গংগী চিদাইদা ফৈবেং তুবেং লেপ্লি
নোংমা নোংমগী কীন্থ্রবকই ফক্লাং
অকনবা নুংশিংনা ঙাওশিন্নদুনা লেপ্তুনা ৱাইশিল্লবি,
য়ূমথক্কী ই মনাশিং
পাইথোকখি অসুম অসুম।
চীংগুম্না ৱাংলবা টৱাবদা
মকোন শাদুনা লৈবা চেক্লা অমনা
পাইশিল্লক্লুনা তোংলৈ খাংপোক্তুগী অহোবা য়াঙলেন্দা,
অমুতোম্বী মমা মচাগী
অহাঙবা পৃথম মথক্তা
মথী ফাইথবকই চেক্লাচা
অদুগা ঈশৈ শক্ক শক্কদুনা
পাইখি মকোল তম্না
চীন্দম্নকগদবগী লৃখাক চখাক
দোলান মতোন্দা লৈবা মি কল্যানগুপ্তগী। ❑

# অহোংবা

অতিয়াদা পাইবি নৈচীলশিং
থেংজিন্দুনা শান্নে অমগা অমগা
মচোই মচোই লাকপা শক্তমশিং
অমতা ওইনা পূনশনখি অদুগা
অনৌবা শক্তম অমা শেমগৎলকই
শক্তমদু হোংলকই মীৎকূপ খূদিংগী।
হেলোইদগী হিংচাবা
হিংচাবদগী কৈ
কৈদগী হৌদোং।
অহোংবা নাইবা তাইবংদা
ঐগী শৈশকসু হোংলকই।
ঈশৈ শক্লদুনা অনৌবা সুবদা
পাইকই চেক্লাশিংগা লোযননা নৈচীল্লক্তা।
শক্তম কয়া ওল্লবসু
শৈশক কয়া হোংলবসু
ঐদি ঐ ওইদুনা অদুম্মক লৈ
নৈচীলদি নৈচীল অসুম্মক ওই। ❑

## থবক চিনবা

নোং ভাল্লকপদা,

লক্ষ্মী দেবীবু খুরুম্লগা হৌগৎলকই অ তোমাল
মচীন মখা শেংলুরগা
দুকানগী থোঙ হাংলকই
ধূপ আর্তিগী মনম শন্দোকহল্লকই
অচৎ অওকশিংবু কাননবা।

নুমিৎনা থাতোন য়ৌবকপদা,

তা তোমালগী নুপী ইতৈমনা
লৈজবীমখৈ কেদূনা
ময়াং দুকান অচৌবদগী পোৎ লৌথহৌই,
চেঙ বোবা অহুম
থুম বোবা অমা
আলু
হবাই
অসিনচিংবা।

নুমিৎ চপ য়ুংবদা

তা তোমাল মতৈ মনাওনা
হকচিক লাংনা থাবী শাবকই
মমাঙদা ফেন উংহল্লগা
"ঙসাই লাকুম্বা নুপাদুবু অঙাওববা?"
"অঙাওবা নত্তে, লাইয়েকপনি।"
"শেৎলিবা ফিজেৎতুনে
য়েংলিবা মীৎয়েংদুনে
ভাঙথোবকপা থাঙাঙ শাঙাঙনে
অঙাওবনিদা।"

নুংথিলগী মতম ওইবকপদা

মী চিনখৎলকই তা তোমালগী দুকান

মখল মখলগী পোৎ লৈবৈ
চান থক্লবগী
অঙাংনা শান্নবগী,
মায় নান্নবগী।
লৈশাবীশিংনা নোক্লদুনা হায়বন্মী
"তা তোমালগী দুকানদি ফংদবা পোৎ লৈতে।"
তা তোমালগী নাপল মশোং কাওলকই
ব্রাখল নুংঙাইনা
টেপ রেকোর্দর থাবকই
মহাক্না
মহাক্কী নুপীনা
অমদি মীযাম্না তাননবা।

নুমিদাংবাইগী মতমদা
মী চীক্ল-চাইনা ঙম্লক্তে
তা তোমালগী মথৌ অঙকপা ফংনা চিল্লকই
ঙাইহাক্তং নে না তাবা ঙমজদে।
ঙাবী পীয়ু
মোবোক পীয়ু
থাউ পীয়ু
অসিনচিংবা অসিনচিংবা।

নুমিদাং ওইরকই,
মৈ থানগৎলকই
পূল্লং লংলকই শহর।
নহাবোল খবা লাকই
চাক চানবগী পোৎচৈ লৈবৈ।

মতম থেঙজিল্লক্লবদা
থোঙ লোনশিল্লে
স্বব হোন্দোক্লুনা ঈংনা ফল্লে তা তোমাল
অদুগা হিসাব পাবকই কৃপ্না,

হিসাব পাবিগুে
পুংকক চাউববা মচানুপানা
লাইবিক অমা পায়দুনা চঙশল্লকই
অদুগা হংলৈ
"বাবা, সিবিলাইজেসন হায়বসি কবিনো?"
"চৎলো ঐ থবক চিল্লি
নঙগী পাউখুমগী মতম লৈতে।"
তূমিন্না হনখি মচানুপা
নীংবা কায়না চঙখি ফমুংদা।

তূল্লমদাইদা,

হযেংগী ব্রাখল তৌবকই তা তোমাল,
কোসমেটিক্সকী পোৎচৈ লোইশিল্লক্লে
খবা লৌথদবা যাববোই,
চেঙগী মমল
থাউগী মমল
হৱাইগী মমল
তেঙ্গৎতবা ইয়া যাদ্রবনি
নৎত্রবদি
শেম্দোং ইবে লৈতে।

তূমথবকপদা

মঙদা উবকই মচানুপা
অমুক হংলৈ ঙসাইব্রাই হংখিবগুম
"সিবিলাইজেসন হায়বসি কবিনো?"
হুমাং কাংলকই তা তোমাল
"পাউদনা লাইবিক্তো মবন্নাই খঙজবক্কনি।"
লাইবিক ব্রং ব্রং পাথবকই মচানুপা
চিনফা পুননবা হোৎনবকই
"ফ্রি থিংকিং ফ্রি থিংকিং ফ্রি
ফ্রি থিংকিং বিকাইয়র্স

সিক্যুরিটি, সোসাইটি এন্দ লেজর
সিক্যুরিটি, সোসাইটি এন্দ লেজর।"

মীকপ থোক্লকপদা

লাইরিক পাবম্মী মচানুপা
ফমুংদা ফম্লদুনা
মমঙদা পাবম্বদুগা চপ মান্নবা। ☐

## শন্নল

মখোয়না শাখিবনি নঙবু
শেমখিবনি ফজনবা
হক্কুনা, ইক্কুনা অমদি য়ৈদুনা।
ফজনা শেম শাববা মতুংদা
অহিংবা ওল্লকই নঙ
নমিৎ ননা কোবোক কোবোক ওল্লকই
নখুৎ নশা তিংথোবকই
অদুগা লম হেল্লকই।
মখোয়না নঙবু য়েংথীবা হৌবকই
তিন্নবা য়াবক্তে মখোয়গা নহাক্কা
অদুনা শন্নল খাজিল্লিবনি ঐনা
লমদাং অনীগী তাইনফমদা
নঙগা মখোয়গা খণ্ডনদনবা। ❑

# খোঙচৎসিদা

লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অসিদা
চৎলিবনি ঐনা
লেপ্তুনা খোঙ থাংজিল্লদুনা
চোকথবা নাইদনা
নীংহন্নবা লৈতনা।
অসুম অসুম চৎশিল্লকপদা
থেংনবকই উবকই
গুক্ক গুক্কবা থৌদোকশিং।
থাজ থাজখিদ্রবা ৱাবীশিং
তন্নে লীবৈ ঐগী নাপ্পদা।
লৈবাং কযা শাৎলম্মী ফৃগাযনা,
আশাগী লৈবাংনি শাৎলিবা
কয়াদা পেঞ্জখিবা ঐনা
মোমোন নোকমিন্নবদা
মীৎচান্নদুনা লৈবাংশিংগা।
খোঙচৎসিদা তিংখংশিংনা
থীনবাৎখি ঐগী তোংশাশিংদা, অদুগা
ঈখে, শীন্থখি।
ঈখেংলক্তা তিলহৌই
ঐগী থম্মোযগী অপেনবা, চাউথোকচবা
খোঙচৎ অসিদা লাকপগী।
অৱাবদু নুংঙাইবনি
নুংঙাইবদুনা অৱাবনি
ঐগীদমক্তদি,
অদুননি ঐনা
খোঙচৎ অসিদা চৎলিবা।

থিবগী খোঙচৎনি
ঐদি থিবা লেপত্রি
ঐগী অপাম্বা ফংদ্রি
মাইল লিশিং তবা হেন্না লাক্লবসিফাওবদা।
চঙশিনবা তাই
অমম্বা মায়কৈসিদা
মাইল লিশিং চাম্মা চাম্মা।
ঙাল্লি থম্মোয়নুংদা
আশাগী থাউমৈনা
মুৎশি মুৎশি চাক্লুনা।
নোংলৈ নুংশিৎ শীৎচিল্লকই
মূৎথৎকে তেমশীংলদুনা ঐগী থাউমৈবু
খঞ্জবি খুবাক্লা লাইখন শাদুনা।
নোংসু তাশল্লকই তাঞ্জাসিদা
অকনবা শাফুগা লোযননা।
"কযাম কুইনা মাযোক্লখিগদৌবিবা
খোঙচৎ অসিনা কযাম ব্রাৎলিবা লোইগদবা?"
হংজৈ ঐনা ইথস্তা
লম্বী চৎনা চৎনা। ❑

## কলাকারগী থব্রায়

শাগৎলকই শক্তম অমা
বিন্দু কয়া নমদুনা
লৈই কয়া চিংদুনা।
করি শক্তম শেমগদৌবিবনো হায়বদি খণ্ডদে
ওইবক্রিবা শক্তমদুসু কবিনো খণ্ডদে।
নুমিৎচুক্লা ফমদুনা
চাবা থকপা চগুদনা
য়েক্রক্রিবনি কলাকাবনা কেনভাসতুদা।
খুমদে মীনা ওাণ্ডবা শকপা অমত্তা
মানা থোকপা উংদুনা লৈ, য়েক্তুনা লৈ তূমিন্না।
য়েকপা লোইববমক্তদা
অসুম্মক বাখলদা উংলি
কেনভাসতা মুন্না য়েংলি।
তাঙ্গাসিদা নুপামচা অমনা কৌবে
"ককা, ককা নুমিৎ তাবে চগুলক্লো"
খুন্নক্তুবদা, মনাক্তা চগুদুনা মশা নোন্নুই
লৈমায়দা বোম তুখি উকংগুম্না কলাকাবগী হকচাং।
মমিৎ পাল্লি, ময়া পাল্লি হায়বতমক খণ্ডবা
মীনি শানি উনি খণ্ডদবা অয়েকপা লাইনা খুন্নকই
"লাক্লগে চৎলম্মো নুপামচা
নণ্ডগী ককাদি চৎখ্রবনি
মাগী থব্রাযদু ঐঙোন্দা শিন্নবন্নগা।"
কেনভাসতগী মখোঙ থাংদোবকই অয়েকপা লাই
নুংশিনা চূপ্লকই নুপামচাদুদা।

শক্তম কয়া হোংদোক হোংজিন শান্নদুনা
শুম্নাৎলকই নুপামচাদু
ফাওহল্লকই তপ্না তপ্না
মহাক্কী ককা কায়নবগী মৈচাক।
কুইব কুইবগা অসুম অসুম
হেন্না হেন্না ফজখৎলকই
অয়েকপা লাইগী শক্তমদু। □

## থোঙশিংদুগী মপান্দা

দোলান মখোলশিংদুগী বেলকনিশিংদুদা
ঐনা কাখৎলুই অদুগা
নমলুই কোল্লিং বেলগী স্বিট্‌চশিংদা
কনাসু থোবক্তে
থোঙ অমত্তা হাংদোক্লক্তে
হঞ্জিন হঞ্জিন কৌবফাওবদা।
থোঙশিংদুদা ইবি
কাগী নম্বর
অদুগা
মী মমিং।
কা নম্বর ১, ২, ৩
সুবে ঐনা লেপ্লুবা
থোঙশিংদুগী মপাদা।
ইচীক চীকই, মী অমত্তা উদে বেলকনিদা
কাশিংগী মনুংদদি
লাওই নিল্লি অঙকপা ফংনা।
ঐগী খোঞ্জেল
নমহৎখি অবাওবগী মখোলনা।
ইথত্তা ব্রাস্থদুনা তাববসিফাওবদা
তুমিং অমফাওবা পাইবমদে ইনাক্তা। ❑

## চৈনা

ইশাগী ইখূৎ নাম্মনা
ইশাগী ইখূৎ নাম্মদা
কন্না চিংই অদুগা
খূজিন্না খোৎতৎলি ঈ থোকপমখৈ
অতোপ্পা মীগী মখূৎনি খন্দুনা।
ব্রেদনা লেম্মৎলি চবৎ চবৎ হঞ্জিন হঞ্জিন্না,
নাদে তাঞ্জাদুদদি।
কাইনথং
ইশাগী ইখূৎনি খওজবকঔে
নাবকই ঐহাক
খাঙলকই চৈনা ব্রানা
অযূক, নুংথিল, অহীং, নুমিদাং। □

## মীৎয়েং

ঐগোন্দদি নুমিৎ খুদিংগী উববঙাক্তনি
খঙলবঙাক্তনি, তাববঙাক্তনি,
অদুনা মখোয়গী মবমদা
কবিসু খঙনীংলুদে, তানীংলুদে
অদুগা য়েংনীংলুদে।
অদুবু মমাগী মথাদা খোমচিংলিবী অঙাং অসিনদি
য়েংলকই পোৎশক খুদিংমক্তা মুন্না অমদি ঙক্না
অসুম অসুম য়েংশিল্লুবগা
অথ পুথোবকই অনৌ অনৌবা
যাওবম্মী অঙক অঙকপা খঙদবা পোৎশকশিং।
ঐনা অমুক্তা উখিদ্রিব' পোৎশকশিং
চিংথোক্তুনা পুথোবকই মবী মবী
নুমিৎ খুদিংগী উদুনতা লৈববা
য়েংনীংখিদ্রবা পোৎশি, অদুগী মনুংদগী
অপীকপা অঙা, অদুনা। ❑

## য়ূম

নিঙাই চাউবা মচাদুদা
মমানা হায় খোয়দৌ শাউনীংনা
"নয়ূমদা লৈজখ্রো।"
ময়ূম কয়া শুবনো
মমা অদুগী
অদুগা মচা অদুগী।
মমাদি খঙই
মখোযগী অশেংবা ময়ূম।
মতম কুইখ্রে যায়া কুইখ্রে
থাদোক্লক্সা
খুল অদু, য়ূম অদু, ইখোল্দু
কাউবু কাউশিল্লক্রে
মখোযগী ময়ূমলমদমগী ঈশিং নুংশিংকী ফীভম।
"য়ূম থাদোক্লুনা চৎলিবসিবু ঐখোযনা
কদাযদনো ইমা?" মচানা হংই মমাদা
"য়ূম থাদোক্লুনা লাকপনি
চৎলিবা অসিসু য়ূমদনি।'
"মফমসিদা কৈদৌবা লাক্লিবনো,
কৈদৌবগী অমুক হল্লিবনো?"
"খবক শূবা লাকপনি ঐখোয়
পোখাকপগদৌববনি অমুক
ইয়ূমদা হল্লগা"
মচাগী পাউখুম পীবি মমানা। ❑

## ৱারী শানবা

ঐনা হংই
নঙনা নোকই।
নঙনা হংই
ঐনা তাদে
নঙসু মীনি
ঐসু মীনি মালেমসিগী।
চৎপদি চৎমিন্নে ইবান্নী
লৈকংলাগী খোঙচৎসিদা,
ৱাবীসু শানৈ লেপ্তনা
শক্ক শক্কদি উনদে
নক্লা চৎমিন্নবিবা ইবান্নী।
ঐ খঙদে
নঙগী ৱাহৈশিংগী অর্থ
ঐসু ঙাঙই ৱা
নঙসু ঙাঙই
নঙগী ৱাঙাঙগা ঐগী ৱাঙাঙগা
যৈখায়নদুনা লৈহৌই অমগা অমগা
অদুগা লৈকংলাগী শাববা নুংশিৎনা
হুমদুনা পুখি কদাযদনো মফম খঙদনা। ❑

## বস পার্কিং

বসশিং খান্নে
অদুগা থৌখি,
মীশিং কুমথবকই
মীশিং কাখৎখি।
মীনৌ কয়া অমা থুংলৈ
মীৎকুপ খুদিংগী পুংজা খুদিংগী
অদুগা ঙাইবৈ বস লাকপা
স্বব হোনফম লৈশিল্লক্তে হৌজিক্তি।
বস তোংখিবদি খজিক্তা
বস মশীংসু খজিক্তা
অঙাইবা মীগী মশীংদি অসুম হেঞ্জিল্লক
কদাযদনো খোঙদাফম
কদায়দনো স্বব হোনফম? ❑

## তৎপা

নেয়া অমদি ৱাংনা
পাইদুনা শান্নে তেলঙ্গা
অঙাংশিংনা হৱাওনা।
ৱাংবা তান্নে
থাদুনা লং অসুম অসুম।
ৱাংখৎলকই ঙম্লিবমখে তেলঙ্গানা,
হৱাওজে মখোয়সু
হেন্না হেন্না ৱাংখৎলি'মখে।
ৱাংমনখিবদগী
লংশিং তত্তুনা তাবকই তেলঙ্গাশিং
লৈমায়দা মথং মথং
অদুগা পন পন্দুনা লৈখি
তিংখং তুমবৌশিংদা। □

## চোংখৎলকপা কোকয়াম

বাবণগী মকোকাশিংনি হায
শোইদৎলি, পংশোইদা শোইদর্বা নি
ঐখোয়গী লৈঙাকপা থাঙশাং পায়রশিংনা
চৌক্রি কোনবশিংনা।
অদুবু শোইদৎলি হায়দুঙাই
চোংখৎলকই হেন্না হেন্না
মকোক তবাদগী কুন
কুনদগী কুম্না, কুম্নাদগী নিফু ।
কোকয়ামশিংদুনা লাউশল্লকই
লৈঙাকপশিংগী নাকোং পঙবমখৈ
"ঐখোয় বাবণ নত্তে
ঐখোয় বামগী মকোকশিংনি।"
খংপ্রেক খংলবা লৈঙাকপশি,
ফন ফন চোংথবকই
মখোয়না ফল্লিবা চৌক্রিশিংদগী
অদুগা লোত্তুনা লৈখি
চৌক্রিশিং অদুগী মকমদা, মখাদা,
কূন্দুনা অমদি পাকথদুনা। ❑

## খুদুং ইনবা

অমম্বা অথেঙবা অহীং অমদা
শক্থংদবশিংনা লাকই ফিমু শেত্তুনা
অদুগা
মৈবা অমমম পায়দুনা মখৃত্তা।
মখোযনা খীকথবম্মী লৈশিং
লৈশিংদু পখ পুমথবকই
নোংমা নোংমগী
মমৈদদি নুংশাগী অকনবা মৈশানা
পৃমকং কংশনখি।
মৈবা পায়বম্বা শক্থঙদবশিংগী মমিং
ইশল্লম্মী মোংফমগী ফৃবাশিংদা
অদুবু অসুম অসুম কাউখিদুনা তুংগী মীবোলনা
যেংশনবিদ্রবা ফৃবাশিং
নীংখায়দুনা মাঙখি মথং মথং।
নৌনা হৌগৎলকপা নহাবোলশিংনদি
মমীত্তগী মপি তাবমখে
খুদুং ইলহৌবি নোঙ্গাব্রবা ময়াম্বা অমদি মচেশিংগী। ❑

## কুযোম

অচৌবা য়েকম অমা
য়েকমসিগী মনুংদা য়েন্নাউ অমা
কুন্দুনা থাখল খল্লি—
স্বর্গগী লৈকোলদা
শান্নবা ফংগনি কৈদৌঙৈ।
অসুম খল্লিঙৈ
হৌখি পুন্সিগী তাঙ্ককশিং
নোংমা নোংমগী চাউখৎলকই হকচাং,
মমৈদা খুইজিল্লকই উনশাশিং।
মতমসিদা ।ঙহৌদনা পোকখায়খি অদুগা কায়খি
যেকমগী কুযোম।
অদুদগীদি শান্নজবা ফংলে
নীংথিববা স্বর্গগী লৈকোলদা নীংতম্না
অফা অপুন্নবা অমত্তা য়াওদনা। ☐

## মূক্লবা

নূংদুম অনীখক য়াল্লি
লং অমমম তিংলদুনা।
তূমিন্না য়াল্লম্বা নূংদুমশিংদু
থেংগায়নবা হৌবকই তপ্পা তপ্পা
নুংশিৎ অমুক মুক শীৎলকপদা।
তপ্পা তপ্পা থেংগায়নবম্বদগী
খজিক খজিক অসুম কনশিল্লকই
মমৈদদি লৈজবী থাদুনা থেংগায়নবকই কন্না কন্না
অদুদগীদি কায়খি নূংদুমশিংদু মচেৎ মচেৎ।
লংতমক ঙাযহৌববদা য়াল্লিবদু
কোনশিন্নবকই মূক্লাগী লেংগোন শানা
অদুগা মূকখায়নবকই অঙম তান্নবকই
অমনা অমুক ইন
অমনা অমুক ইন
লোইবা লৈতে মূক্লবা। ❑

## ঐ অমদি উমং

চীং অমদগী চীং অমা
তুবেল অমদগী তুবেল অমা
মথং মথং লান্দুনা চৎলকপদা
চোকথবক্নে ইখোঙ
হীকথবক্নে পাঙ্গল,
পদ্রাক তাদুনা
লৈবক্নে মফমসিদা কুমজা কয়া।
লৈবাক্কা অমত্তা ওইখ্রে
ঐগী তোংশাশিং।
শব্দ পোলাং অসিনা
মবক মবক্তা মবোল লোল্লদুনা
উমং অসিগা রাবী শানবি
কনানসু খোঙদাবদ্রবা মফমসিদা
অচীকপবু হেক হেক থুগায়দুনা।
রাবী শান-শাননা
অমুকসু নোকমিন্নে
অমুকসু কপমিন্নে
থাবলগী অহীং কয়াদা
নিংথমগী অয়ুক কয়াদা।
মবক মবক্তা শীৎচিল্লকই নুংশিৎনা
কন্না অমুক
তপ্না অমুক
কবি কবিনো পাউদম খবা তল্লম্লগা
পঙ্থবমদনা চৎখি অসুম্মক।
লৈহৌই ঐ অমদি উমং
ঙাইবদুনা
ন্যুক্লিয়াবগী হূ চেল্লবা নুংশিৎ
পৃথিবীগী অবোইবা পৃংজা। ☐

## শান্তিগী বোম

ঙসিদি ঐ লেপ্লবে
থোঙ্গাল অসিদা
চহী লীশিং কয়া চৎলকপা খোঙচৎসিদা।
থোঙ্গাল অসিদা চংদুনা
য়ৌশল্লুগনি খোঙজাও
থীল্লুগনি অদুগা হংলুগনি
"ঐগী লৈফম অমতং পীবা য়াববা
অহীং অমতংগী
সুপ্নগী অহীং অমতংগী"
অহীং অসিগী ৱাংমদা
অমুক হৌগনি
অনৌবা খোঙচৎ অমা।
যুম অসিগী পাউ পুবদুনা কোইকগনি মফম খুদিং
শন্দোক্লুগনি মফম খুদিং
উচেক্কী মশা পানশিন্দুনা ইশাদা।
ওন্দুনা উচেক লাংমৈদোন
কৈবাকপগী মমোম ঙাংবীতোনগুম
পাইগনি ঐনা অতিযা শীন থুংনা
য়েংগনি ঐনা ফজবা অথীবা ঙম্নমক
হেক্কুনা পুগনি থৱাম্মিচাক চবোং চবোং
খীকথকগনি অমম্বা নৈকোলশিংদা
ইবং ইবং লংহৌনবা
মঙালনা চামথোক্লনবা অমোৎপা পৃম্বা।
যুম অসিদা নৈবিবা হে মীওইবা
ইল্লকউ ইতুং
চৎসি লোইনাইদ্রবা খোঙচৎসি।

ইতুংদা লৈহৌবগনি যুগ কযা কয়া
ইমাংদা লৈবি যুগ লিশিং লিশিং।
ল্যাক্লো চৎসি ঈশৈ শক্ল শক্লদুনা
নঙনা লেংঙু ঈশৈ
শৈথাবদুনা লান পামদে হাযনা।
শক্লনি ঐনা
তাহনগনি মালেমপুম্বা
লানবু ঈশিং ওইনা থক্লিবা মীওইবশিংদা।
যুগ খুদিংগী অসুম্মক তৌগদৌবি লান
ল্যাক্লো শান্তিগী বোম লিশিং লিশিং থাদদুনা
মাংহল্লুসি মক ফংনা
লান পাম্বা মীওইপুম্বা
শান্তিগী মৈখুতনা
পুমম মমহল্লসি মালেম। ☐

## নুমিৎকী খোঙচৎ তুংইন্না

অয়ুক্কী কোবৌনা ওক্লম্মী ঐবু তবান্না
মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা।
অনৌবা আশা অনৌবা ৱাখল
অনৌবা পাউজেল
পীবি ঐঙোন্দা অদুগা হায়বি ঐঙোন্দা
ঙসি নোংমগী শিঙ্খা পাঙননবা।
চৎখি খোঙজেল য়াঙনা
মাসু মাগী মথৌ পাঙননবা
নোংপোক অতিযাদগী নোংচুপ অতিয়া তম্না।
থুম্রে, ওম্থোক্লসু খোঙজেল য়াঙম্রে
তান্নে ঐনা মাবু
অঙম্বা পাঙ্গন থৌনা ফুদোক্কুনা
হোৎনৈ মাগী মনাক্তা অমুক্তদি নকচগে।
মানা  হায়বি ঐঙোন্দা মমায় লৈথোবক্কুনা
লাকউ লাকউ, চেল্লকউ চেল্লকউ        ।
চেল্লি, অসুম চেল্লি ঐ
অসুম্না চেল্লক্লি নুমিৎ কযা, চহী কযা
হৌজিকসু চেল্লি মবাথোন
লাম্থোক্কুনা চীংজাও কয়া, তুবেল কয়া
চেল্লি লমহাঙ কযা লাম্থোক্কুনা
মাঙদা লৈবি মশীং থীঙমদ্রবা চীংশাঙ পবেং
অদুগা ঙমখৈ নাইদ্রবা লমহাঙ।
মাঙদা উবিবা লমদম
লমদম অসিগী ৱাংমদা কবি?
নুমিৎনা হায়বক্লি ঐঙোন্দা
"মাঙদা লৈবে
নঙগী পোৎথাফম,

চেল্লু লেপ্তুনা য়ৌননবা পন্থুংদু,
নোংচুপ অতিয়া য়ৌদ্রিবগি ঐগী খোঙচৎসিনা
থিনজিনবীবমগে নঙবু
নঙগী পোৎথাশঙদা।"
শীংনবা অমা য়াওনা চেনখৎলি ঐনা
হেনগৎকে হায়না নুমিৎতগী
ঙমদে, খক ঙমদে।
পোৎথাবা নাইদ্রবা মাগী খোঙচৎনি
লু তোংনা শাবা ঐগী হৃকচাংসিনদি
ব্রাবকই পোৎথানিংলকই
লেপ্লাইদ্রবা খোঙচৎসিদা।
মাদি ব্রাবা লৈতে পোৎথাবা নাইদে
তৃম্বা হায়বদু কবিনো মহাক খঙদে।
ঐদি চৎনা চৎনা মীৎ অসি উইশিল্লকই
ইমাঙদা কবি লৈবিবগে খঙলক্কে
অদুবু ঐ তুম্বা য়াদ্রি খোঙচৎসিনা লোইদ্রিবগে।
কবিগুম্বা কান্দা পাখৎলকই ঐ
অতৃম্বনা ঐবু শাগল লাক্কুনা চিংখিগদ্রা? □

## তূমিন লৈবা

নুমিৎনা মূনা য়েংলকই
থোঙনাওগী অহোবা মখূলদা
ঐনা তূমিন্না ফল্লিঁদা
নঙগী ৱাখল খল্লিঁদা।
হংলকই মানা
"নঙ কবি তৌবিবগে?"
ঐনা খুমখিদে
পাউখুম অমত্তা।
লোম্লোক্তবগুম অসুম্মক ফল্লি
কা অসিদা তূমিন্না
মবক মবক্তা য়েংথোকচৈ
মাঙদা লৈবিবা থোঙনাওসিদা
অদুগা কযাবক মীৎচান্নে
থাজ অমদি ঐ।
ৱাদি অমত্তা ঙাঙনদে
মাসু তূমিন ঐসু তূমিন
তূমিন তূমিন পঙলৈতা লৈনৈ।
কুমজা কযা অসি
অসুম্না অসুম্মক লেল্লক্লি। ❑

## মোংফমদগী মোংফমদুদা

অশিবা মী অমা
হৌগৎলকই মোংফমদগী
অদুগা লাউবদুনা হৌনা
চেনশল্লকই মীযাম মবক্তা।
মাবু উবদা হৌদুনা চেন্নে মীযাম
অমনা অমগী মথক্তা নেৎশল্লি
খুদি থীজন্নে মখোয মশেল
ঈহীং নাইহীং শাবকই।
অশিবা মীদু
খেক্লা খেক্লা নোক্লকই
অদুগা
চঙশিল্লক্লুনা তুবিবা মীশিংদুগী মনাক্তা
মখৌবী চবমশিং মেৎলকই।
স্বব হোনবা ঙমদদুনা
অহিংবশিংদু অশিবশিং ওল্লকই
অদুগা অশিবদুগা পূন্না লাকমিন্নে
মোংফমগী লম্বীদুদা।
মোংফমদা মখোয মশেল পূন্নে পূল্লপ
অদুগা শক্লে ঈশৈ,
অশিবগী ঈশৈ। ☐

## পাউ ফাওনদবা (১)

শম্নদবা
বাহৈগা বাহৈগা,
চূংশিন্নদবা
কোক অমগা কোক অমগা।
মবী লৈনদবা
বাহৈ পবেং অমগা
বাহৈ পবেং অমগা।
লৈদি লৈমিন্নবা
পূন্না পূন্না
বাবীসু শানবা,
নোকমিন্নদুনা
নুংঙাইবা শব্দক য়ামিন্নবা,
কপসু কপমিন্নবা
অবাবা শব্দক য়ামিন্নদুনা।
ভাবতি তানদে,
হংলুবদা
অচুম্বা অমত্তা খুন্নক্তে।
হংবনা অমা
পাউখুম্না অমা।
হংবনা অমা
পাউখুম্না অমা। ❑

## চক্ন মপৈ

অশংবা কৌনানা ৱাই ৱাই
লবুক শীনবা থুংনা শন্দোক্লিবা,
অহিংবা ঈশৈনা পূমনিল নিল ।

ঙসিদি পোইন্নু মতমসিদা
ওনথ্রে ঙম্লক নাপু মচু।
মহৈ মবোংনা জূম জূম
লৌখাও ঈশৈনা খোঙ্গাং য়ৈ
পূল্লপ পূল্লপ তুবক্রে।
হিংলিঙৈদা মশাদগী পুথোকচখিবা ফৌমন্দশিংনা
তাইবং মীওইবগী থৱায় ওইনত্রবদা
অশিবা ওইনা
তাদুনা লৈবে মপৈ মপৈ
লবুক্কী মচী মচীদা।

ইহাও হাওলনি নোংমদি পৃথিবী।
খোঙ্জেল অমতসু তাববোই
অশিবা মীওইবগী হকচাংশিংনা
চক্নগুম্না তাদুনা লৈথ্রগনি। ❑

## ঐ অদুগা ঐগী শক্তম

উবে শক্তম অমা
ঐগী অহুমশুবা মীৎনা,
কনাগী শক্তমনো?
তোম্বগীবা
চাউবগীবা
অমুবীগীবা?
নত্তে নত্তে
কনাগীসু নত্তে
লাইনি, লাইগী শক্তমনি।
নত্তে নত্তে লাইসু নত্তে
শক্তম অসি
ঐনি, ঐগী শক্তমনি।
শক্তম অসি উবদা
ঐনা ফংই নুংঙাইবা।
হেন্না অমুক নুংঙাইগদবদি
শক্তম অসিদা চোংশিন্দুনা
তিনখিবদুনি অমত্তা ওইনা
ঐ অদুগা ঐগী শক্তম। ❑

## অমম্বা মরক্তুদগী

কনানো অমম্বদুদা লেপ্তুনা
ঐবু য়েংলিবদো?
কবিগীনো নঙনা
শুক্লাক লাক্লিবা
অঙানবা মায়কৈসিদা?
নঙবু উনগে খন্না
চঙলুই নঙগী মায়কৈদা
খূত্তা থাউমৈ পায়দুনা
অদুবু থেংনবা নৈতে নহাক্তি।
নশকমক্তি খঙদ্রবসু
ননাক্তদদি ময়ৌবগে খন্না
চঙশল্লকই অমম্বা মবক্তা,
নঙনা হবাওনা কোল্লকই
নুংশিনা চূপ্পকই।
অহীংচূপ্পা যাতামিন্নে নুংঙাইনা
পাপগী ফমুংথক্তা।
অদুবু নোং ঙাল্লক্তুনা নুমিৎ থোবকপদা
নঙনা চেনখি অমম্বগা শাগোন্ননা।
উবদি ফংদে নঙগী নশক
অদুনা নঙনা চিংশিল্লি ঐবু
অহীং খূদিংগী ননাক্তা
অদুগা অমুকসু হোৎনবি নহাক্লা
পৃথিবীসিগী নুমিৎশিংবু
অহীং ওস্তোক্লনবা মতমচূপ্পদা
নৈতনবা অয়ূক অমদি নুংথিল। ❑

# শ্রী তোম্বা

নুমিদাংৱাই ওইবকপদা
ঙাওচৎনবকই শ্রী তোম্বা
কোয়চৎ চৎলকই হূই অঙাওবগুম।
মমশিল্লকপদা
খোঙগুন তানা ফমথবকই
ৱাবী শানবকই মমান্নবশিংগা
নে-না তানা।
নুমিদাং খেঙজিল্লকপদা
মবোল মবী ফাইবকই
মপাঙ্গল কল্লখৎলক্তুনা
ৱা হৌনা হৌনা ঙাঙলকই।
হেন্না হেন্না খেঙজিল্লকপদা অহীংনা
পৎথবকই, লেকথদুনা তাবকই
নালা মনুংদা।
তাউথখি অসুম অসুম
অদুদগী মচীঙ্গাক ওইখি শ্রী তোম্বা
তীলশিংগী, মহীকশিংগী।
তুমশনখি
অসুম অসুম তুমশনখি।
নোং ঙাল্লকপদা
পূমতুম তুমখি। ❑

# মায়থীবিবসি কনানো

কাওশিং হাৎলি ঐনা
পওহাত্তা হাৎলি
অদুগা নোকই খেক্লা খেক্লা
কাও অমত্তসু লৈত্রে খন্দুনা।
তাঞ্জাসিদা
ঈশৈ শকচিল্লে ঐগী নাকোংদা
কদায়দগীনো হাইজিল্লক্কুনা নাবোন্দা
কাও অমনা। ❑

## অচীকপদা

অহীং অসি ইচীক চীকল্লে
তাখিদ্রে কনাগী খোঞ্জেল
তাবিবা হায়ববু
খোঞ্জেলতা ঙায়বে নঙগী।
হাবৌ অমুক ওন
মকৃ অমুক ওন
নোঙ্গৌবী অমুক ওন
শান্নবি নঙদি হবাওনা
কেকু লোত্তুনা অহীংগী শল্লাংলক্তা। ☐

# য়েন্নীংথা লাক্লনি

লম্মেনা চাকখ্রবা চীংশা নাপোর্মা শং
হৌজিক্তি কৃপশনখ্রে উন্না পূমঙৌ ৺ঙীনা।
নাকেম্থানা য়ৈথৎপিবন্নবা
তমগী উপাল ব্রাপালশিংবু
উনগী অকনবা শাফূনা
হেন্না চৈনা পীববে।
নিংথমথা, তমথীববী নিংথমথা
চেনখ্রো নঙ থাপ্লা
য়েংঙু নঙবু মাযথীবা পীবা লাক্লিবসে
য়েন্নীংথানা মোমোন নোক্লদুনা
অশংবা ফিজোল ফিজেৎনবদুনা
নুংশিবা ঈশৈ শক্লদুনা।
চীংবুবোয তম্নুবোয়শিংনা
ঙাইবিবসে য়েংঙু খৌবাংনা
তবাম্না ওক্লদবগী য়েন্নীংথাবু। ❑

## সাঁইলেন্ট প্রোসেসন

কবিগীনো খণ্ডদে ফিঙৌ শেৎলদুনা
মীয়াম মপৈ মপৈ লোইবা নাইদনা
চৎখ্রি লম্বীসিদা তৃমিন তৃমিন।
ঝা অমতা ঙাঙনদে
মখৃত্তসু ফেষ্টুন অমতা পায়নদে
হংলুবা ঝাহং অমতসু খুন্নমদে।
অসুম্মক চৎখ্রি তৃমিন্না মবী মবী।
মখোয়গী মীৎলুদগী শীন্থবকপা পিবা,না
চোৎহৌবে লম্বীসিদি
নোংজুথাগী মতৌগুম। ❑

# নোকমিন্নসি কপমিন্নসি

শৈবেং! উনদবা কুইবে নঙগা
কবম তৌবি, নুংঙাইবিদনা?
খুমদে, শুকখুম খুন্নক্তে,
অদুদি কবিগী
নুংশিদ্রববা ঐবু?
ঐদি নঙবু নুংশি
অহীং নুংখিলচুপ্পা নঙবুতা খল্লি
উনবদি শংখিদে নঙগা
নঙনদি খল্লম্বা য়াই
নুংশিদ্রমাল্লে ঐনা নঙবু।
ঙসি ঐনা লাক্লবদা ননাক্তা
কবিগী লেপ্লি নতুং ওন্থোক্লুনা
কবিগী অদুক ব্রাবৌবিবনো ঐবু
সে, অমুক্তদি লৈশিল্লকউ মাযথোঙদু
নোকমিন্নসি ইবান্নী,
মায়গা মাযগা ওনশিন্নদুনা
কপ্লবসু কপমিন্নসি
অব্রা নুংঙাই ফোঙদোক্লদুনা। ❑

## শজিবু থানা লাকপদা

হে শজিবু থা
লাক্লেদনা নঙ ঙসিসু
মচু কয়াগী ফীজোল ফীজেৎনদুনা
তাইবঙ কনাগী পূক্রিংবু নুংওনহনগে খল্লদুনা
চাইবদুনা নুংশিববা লৈনম।
অদুবুনে খঙউ নহাকসু
নমলিবসে ঐগী নতোন্দা
লৈবাংশিংগী নুংশিবা লৈনম নত্তে
ঈগী মনমনি
হৌজিক্তা পোকখাযখিবা বোমগী মনমনি
অদুগা নোংমৈ চীন্দোন্দগী থোক্লকপা অশাবা মৈখুগী মনমনি।
শাৎপদি শাৎলি উথক্তা
মচু কযাগী খোঙ্গুমেলৈ
লৈমাযদসু শাৎকাযবকপদা ঙাইবি লৈপাক্লে
লৈনমদি অমত্তা যাওদে
মসিদনি ঐনা ব্বাবিবা
নিংবা কাযবিবা
অদুগা পেন্দ্রিবা।
যেংঙুনে লৈকোল অসে
লৈবাংশিংগী লৈখোক লৈখোক্তা
ইহিং নাইহিং তৈবিবসে
লৈবাং কয়াগী লৈকা লৈকাদা

নোংমৈ মক অমমম থেৎলিবসে
লৈপাম্বী কযাগী হৌফম মকশিংদা
বোম অমমম ফুম্লমলিবসে।
কবম্না হবাও মীনোক তম্বা ঙম্লুগদগে
মহৌশা লাবেম্বী ইমানা
শকফমশিংসি উবগা।
মীওই কয়া অমদি
নোক্ল নোক্লদুনা চৎখি
লৈকোলসিবু য়েংলম্লগা
হাযবম্মী মখোয়না
"নুংশিব্রেদা
মনমসে
লৈবাংগী লৈনমগা তোৎশিন্নববা
শাহিং ঙাহিংগী মনমসে"। ☐

## মঙলৈবাকসিদা

নুংঙাইববা তাইবংপানসিবু
থাদোক্লুনা চৎকদৌবিবা কবিগী
চৎলোই, সুকচৎ চৎলোই,
ৱাববসু ৱানা লৈগনি অসুম।
অৱা নুংঙাইগী কূয়োমনুংদা লৈবি
মচু মচুগী অতিয়া
মচু মচুগী লৈবাং
সুব কয়াগী ঈশৈ।
কবিগী চৎথ্রি নখোয়না
থাদোক্লমদুনা নীংথিববী মালেমবু।
ঐ খঙদে শুকখঙ খঙদে
মফম অদুগী ফজবা।
ঐনা উই, মফমদুদি অহাঙবনি
অহাঙবনি অহাঙবমক্তনি
কবিসু লৈতবা।
কদোমদগীনো খোঙশানখ্রবা অহল অমনা লাউবকই
(অশি লৈবাক্তগী)
"নঙনা লৈবিবা লমদু
ফজবা কয়ানা থল্লিবদু
মায়াগী মায়ামক্তনি।
নঙগী সনাগী ফমুং
নঙগী লুপাগী লুহূপ
পূম্নমক তৌশিন্নবনি
লৈবাক্লা শাবা ঙাক্তনি।
মঙলৈবাক্কী নিংথৌনি নঙনা ওইবিবা
নঙনা ফংলিবা নুংঙাইবা
নঙনা উবিবা ফজবা
অশেংবা অমত্তা নত্তে।
অশেংবা অচুম্বা নুংঙাইবা
অদুগা অশেংবা ফজবদি
লৈবে য়েংলুলাও মফমসিদা।" ❑

## অনাবা

অহীং ইচীক হুল্লকপা মতমনি
নাহেবকই কন্না
মেদিকেল ৱার্দতা লৈবা অনাবা অমা।
মবক মবক্তা
কৌবকই তোয়না
বেমবেম
মেমচা
থোইবী
সিষ্টব
দোক্টব।
তাদে কনাসু তাদে
ঙম্নমক তূমখুল হুনগ্রে,
অহীংগী অচীকপগা চেৎনা থাগোন্নবদুনা
মঙলানগী খোমজিন চুপ্লদুনা।
অনাবনদি তোয়না কৌবকই
ৱাকৎলকই
"ঐবু অমুক্তা য়াওনবিয়ু
ঐবু অমুক্তা য়াওনবিয়ু।"
শিগ্রে, মখোয় ঙম্নমক শিগ্রে
অকনবা পুম্নমক মিহুল হুনখিদ্রে
স্বব হোনখিদ্রে
চপ চপ তিংখ্রে।
হিংহৌবিবা হায়ববু
অনাবদুতা ঙায়হৌবে।
য়াওনবসু ঙমদা

স্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা
থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাংশি৲দুদা
ব্বাকৎলকই লেপ্পুনা
"অমুক্তা য়াওনবিয়ু
ঐবু অমুক্তা য়াওনবিয়ু।"

## ঈগী তুবেল

জগোয় শাবি হৃবাওনা
উতোনশিং উশাশিং
মালঙগী তাষ্মা চাননা।
মবাং হৌবি ব্রাখলনা
শাবী শানৌশিংগী থশ্মোয়দা
য়েন্নীংথাগী মতমদা।
কপ্লি মৈতৈ পাখঙ লৈশা খবদি
মরূপ মপীজা কায়নবগী।
তাউথখিদো হকচাংশিং মশীং খঙদা
অকনবা ঈ ববক্তা
ঈগী তুবেলগী।
চেম্থবি, চেম্থবি অসুম
ঈগী তুবেলনা লেপ্পা লৈতনা
তাউথবক্লি লেপ্পা লৈত
অশিবা হকচাংশিং মবী মবী।
পলেম ওইবীশিং
মীৎলু পিবাং শীন্দুনা
বিদায় পীসি কদাযনো
চৎখিনু হায়সু হাযঙমদা
তঙক তঙক লৈহৌবি
কংলৈ লৈকোয়বৃংদা ওন থোইদুনা। □

## অমুবা খুৎ

অমম্বা মবক্তা অমুবা খুৎ অমা
শাংদোবক্রি অসুম লেপ্লা নৈতনা।
অসুম শাংদোবকই, অসুম শাংদোবকই
অদুগা চঙখি মখূল অমদা
লায়ববা ইমুংগী ফক্লাংদা হোবা।
অমুক শৎতোক অমুক থিংজিন
অমুক শৎতোক অমুক থিংজিন
অসুম্লা শান্নবন্নগা
চৎখি অমুবা খুৎ অদু খোয়দ্রিং খোয়দ্রাংননা
লিনগুম্লা থেক্লা খোয়না।
অদুগা অমম্বা অতিয়াদা শাংদোবকই
মণ্ডক, অমুবা অশাংবা মণ্ডক
হাইবকই খা ৱাং নোংপোক নোংচুপ
কোইবাম কোইবাম লান্নকই
তম্নবাইগুম ভূটকুম।
মবৈ শাংদোকই
ফুঙ্গা ৱাবীগী হিংচাবীগুম।
মনাক্তা পাইবিবা
মীগী ঈ চূপ্লা তুমীৎ কাঙশিংবু
লাম লামদুনা হাৎপগী মহুত্তা
হাৎলকই চীক চীক্কুনা
মাগী অথৌবা ময়াদুনা
শাইজিন শাইয়া তাংলিবী
মকম কোন্দুনা য়াবেক্লিবী
শেন্দ্রাংশিং, শেম্বাংশিং অমদি খুনুশিং। □

## ফম্নানবা

অশিবা
নহাক্লা কৌদুনতা লৈবি ঐহাকপু
অহীংদা অয়ুক্তা নুংথিলদা নুমিদাংবাইবমদা।
নহাক্কী মীকৌবু তাশিন্নদবমখৈ
চেল্লি ঐনা থাপ্লা, ননাক্তগী য়াম্না লাপ্লা
অদুবু ইনক নক্লা নহাক্লা হেক্তা লেপ্লম্মী ইমাংদা।
নপাম্বোম বাংনা থাঙ্গৎলদুনা
ঐবু শুপকোন কোনগদবগী তান্নবকই
মবুক লান্নবা নোংশালাবগী মতৌগুম
ঐনা মতু শোল্লবা শজি অমোমগুম
কোইচেন চেন্দুনা খাংজৈ
নাবক মোংশোংদা লোৎচৈ, শুকংদা হোৎচিঞ্জে
অদুবু ফাজিনখি ঐবু চেনলাক লাক্তুনা
নপাঙ্গল কল্লবা নঙগী যোৎকী খুৎশাশিংনা
চেজেৎনা কোনশিনখি ঐবু
ঐগী চিনবান, ঐগী খজায, ঐগী মীৎ অদুগা লাইবক
পুমতুম তুমশিনখি নঙগী অকন্নবা খুৎচুপতা
থবায়তমক ঙাইহৌববা হকচাংসিদগী
চুপথোকখি ঐগী থবায় নঙনা
তিনখি ঐগী থবায় নঙগী হকচাংদা
নঙনা ঐবু নমদুনা ফম্নানবীববদা। ❑

## য়েখায়নবা

তেঙ্গেশিং
কাপশিন্নবকই
মায়কৈ কয়াদগী।
মশীং নাইদ্রবা তেঙ্গেশিং
যৈখায়নৈ অমগা অমগা
অদুগা তেক্কদুনা
লৈমায়দা তাবকই।
চৈতেক চৈবাংমক্তা ঙাইবে উমংসে। ❑

## ঙসিদি কায়নবেদো নঙগা ঐগা

মতম অমা,

মকপ শানবম্মী নঙগা
মতমদুদদি শক্লম্মী ঈশৈ নুংশি নুংশিববা
সাহিত্যগী লৈকোল লৈকোলদা চঙদুনা
ঈশৈ শক্লম্মী ঐ অমদি ঐগী শৈবেং,
খুৎকা খুৎকা শম্নদুনা
চৎলম্মী শিন থুংনা লমজাও শডক্তা
ৱাবী কয়া শান্নখি লেপ্পাইদনা।
মসিনি পুক্সিনা পামজবা
মদুনি পুক্সিনা পেঞ্জবা।
ঙসিদি কদায,
নঙগা ঐগা কাযনববা মতুংসিদদি
মতম অমগী থৌদোকশিংদু
নিংশীং ৱাবী ওইহৌবে।
ঙসিদি মকপ শান্নবি ঐ পৈশাগা,
মাংদা লৈবে লিশিং চৎপী বন্দল বন্দল
ঐঙোন্দা মোমোন নোক্তুনা য়েংলবে।
ঐবু কপকদ্রা নত্রগা নোক্কদ্রা?
নোং ঙাল্লে পৈশা
নুমিৎ তাবে পৈশা
পৈশা মশিং থীদুনতা লৈববা পুক্সিসিনা
নঙবু নীংশিঙবা ঙমখিদ্রে।
মবক মবক্তা নোংথাংগুম
লাক্লম্মী নঙনা ঐগী মীৎমাংদা
জগোই শাবম্মী হবাও তযাম্না
ঈশৈ শক্লম্মী নু্শিনা
অদুগা স্বাই মাংখি খুদক্তা।

ঐ অমদি উম‌্/৬৩

তুং কোইবা য়াদবা পৈশানা
ঐগী মকপ ওইদুনা
অহীং নুংখিল নুমিদাং
ঐবু কুপশেন শেন্নবি
খুদাং পায়দুনা চিংশিল্লি
অমম্বগী যুম্বা দলানদা
য়ু পীথক্লি, ঐবু ঙাওহল্লি
অমুক নোকহল্লি, অমুক কপহল্লি।
অহিং থেংলক থেংলকপদা
নওবু নিংশীং নিংশীংনা
মীৎলুদা পীবাং শীহ্নবি। ❑

## উনগনি নোংমদি

থিবগী খোঙচৎতা
চঙশিল্লি লেপ্তুনা মীওইবনা
ঐসু থিবি।
নঙবুনি ঐনা থিবিবা
ফংদ্রি ঙসিফাওবা
অদুবু আশা তৌবি
নোংমদি শোযদনা থেংনগনি
মোমোন নোক্লদুনা
ফল্লমগনি নঙ
ঐবু তবাম্না ওক্লদুনা কৌশল্লখিনি
ননাক্তা ফল্লুলাও হাযনা। ❑

## হূ

পৃথ্রি অসিদা
ঙাশিংনা শান্নবি মনীং তম্না
অদুবু অব্রাবদি
হূ চেল্লকই ঈশিং অসি
হূগী ময়াই
নোংমা নোংমগী কনশিল্লকই।
শিবা হৌবক্কে
তুশোন মানশোন্নবা ঙা খবদি।
থওইদে পৃথ্রি মপূনা
কবিগীনো শিবক্লিবা ঙাশিং অসিনা
খম্থকবা লৈতে
খক খম্থকদে।
অশিবা ঙাশিং য়োম্থোকই নুমিৎ খূদিংগী
কৈথেলদা পুখৎ পুখৎলক্তুনা।
ইনাক খুনব্রে পৃথ্রি মপূ
মিনুংশি খঙদবদো।
হূ চেল্লবা ঙাশিংদগী
শন্দোবক্কে হূ
মীওইবা কয়াগী হকচাংশিংদা।
হূগী হূমক্তা ঙাইবক্কে
হূ চেন্দবা মী য়াওশিল্লক্তবে।
কনানা শন্দোবক্লিবা হূনো
হংনবক্লি মীপূম খূদিংমক্না,
অখঙবা অমত্তা য়াওনদে।
ঙা মপূদি খঙই
তাদুনা মহাক তূমিন লৈ
রা ঙাঙদে। ❑

## লিন

লিন ওল্লক্নে
থৌবীশিং।
মহূ কামশিনগদবগী তান্নবক্নে
ঐবু অদুগা ঐগী নুপী অঙাংশিংবু।
কোৎনুংদা, কাম্খদা অমদি
চফূ মনুংদা
লুম লুমদুনা লৈবল্লে
চাফম হীপফম খঙনদ্রে
ঐখোযগী অপীকপা ইমুং।
অদুঙৈ থৌবী ওইবিঙৈ
ঐখোযবু নুংশিনা পুনবিবম্মী
অদুগা ঐখোয
পূক্লিং লৈতানা হিংলম্মী।
ঙসিদি ঐখোয
লৈতাফম খঙদে
পোত্থাফম ইবৈ লৈতে
পূক্লিংগী
অমদি হকচাংগী।
তূপ্লিঙৈদা কামশিনখ্রবগুম খল্লক্নে
ঐগী হকচাংদা
লিনগী হূশিং
তমথীববা লিনশিং অসিনা। ❑

## লান

মীশিংনা চেনাশিন্নে
মখুত্তা খুৎলায় পায়বদুনা
মমা লৈবাক্কীনি হায়না,
হাৎতোক্লে য়েক্লবনি হায়দুনা।
কনাবু কনাগী য়েক্লবনো
ঐখোয় মীঙাক্কো নত্তবা
ঐখোয় পৃথিবীসিদা পোকমিন্নবা নত্তবা
মালেমগী মচাঙাক্তা নত্তবা?
কবিগা ওইহনগে লাক্লবি
পৃথিবীবু
মহাভাবতকী কুরুক্ষেত্র? ❑

## লম্মাঙনবা

ঈশৈ অদুনা
কৌবি ঐবু
লাকউ হায়না
উমং অদুদা।
চৎলি ঐ মঙগী মতৌগুম
শকখঙদবা উমংসিদা
ঈশৈ অদুগী মতুং ইন্দুনা।
অসুম অসুম লাপথোকখি খোঞ্জেল
চেল্লি কন্না, কোইয়েং যেংই মাযকৈ শীন খুংনা।
থিবা য়াবা থিবে
"কনানো ঈশৈ শক্লিবা?"
ফংবা কৌবা লৈতে।
কাইনথংদা লেপখ্রে ঈশৈ শকপা
লম্মাঙনবে ঐ অশূকপা উমং অসিদা। ❑

## নীংতম্বগী লৈবাক্তা

নীংতম্বগী লৈবাকসিদা
নীংতম্না হিংলি খুৎলাই পায়বশিং
নীং তম্না মী ফাই
মী হাৎলি।
লুট তৌই নীং তম্না
অবোনবা খুৎলাই পায়বনা
অফোঙবা খুৎলাই পাযবনা।
কাংলুপ অমগী নীংতম্বনা
কাংলুপ অমগী নীংতম্ববু
যোৎ য়োৎতুনা মাংহল্লক্লি
বাঙলুপ অমগী মখোযগী নীংতম্বদু
লোৎ লোত্তুনা খাংখি
কাঙখদা, কাচিন্দা, উমং ৱামংদা,
চীংযা তময়াদা।
উচেক অদুগা শা ঙা
নীংতম্না পাইখি, নীং তম্না চৎলি
পৃথিবীগী কাচিন কোযা কযাদা
শাদানবা লৈতবা লমদমশিংদুদা।
ঐখোয়গী নীংতম্বগী লৈবাকসিদদি
শাদানবগী শাদানবমক্ত ঙায়ববনি,
মখোযনা শেৎ শেত্তুনা চাখি
হাউনা হাউনা মবুক কাযবমখৈ
শা ঙা উচেক্কী নীংতম্ববু ⌋

# হেন্না চাকখৎলক্রিবা মৈবী

কনানো থোবকউ
অথৌবা মতং
কল্লুলাউ চাক্লিবা মৈ অসি।
মৈ অসিনা তুমহনখ্রে যূম কয়া
চাকথেকখ্রে অঙাং কয়া
কয়া অমনা নোংমৈ গুলিনা লানবিখ্রে থবায়
মৈ কনবা থোক্লকপগী মহুত্তা
থোক্লকই কাঙবু কাঙবু
মৈ চূগদবগী
মখূত্তা মৈবা অমমম পাযবদুনা।
হেন্না ৱাংখৎলক্লি মৈবী
কোইবাম কোইবাম লান্নকই
মবৈ শাংনা তিংথোক্লদুনা
যোৎকদবগী অফং অফংবা। ❑

## অচীকপা

কবিসু থোকখিদে
কনাসু লাকখিদে।
ইচীক চীকখি
অদুনা ঐনা ইখি অচীকপগী শৈবেং।
অচীকপা, যাম্নমক নীংথিজৈ
অদুগা যাম্নসু তমথী।
অচীকপবু পামজদুনা
অহীং হৌগত্তুনা চেল্লুই ফংগে খন্দুনা
তদুক যাম্না তমথীবমগনি খঙলুদবনা। ❑

## ঈচেল্লক্তা ইবাওখোল

কদায়দনো'মা লোৎখ্রে নহাক
ঐগী মীৎযেংগী ঙমখৈদগী
উখিদ্রে তামখ্রে।
থিকই মফম খুদিং কোইনা চত্তুনা
শীংনাং মবক্তা
উমংদা, চীংনুংদা,
কদাই নহাক্তি উবা ফংদে,
নোংমা লাকখি
ঐগী য়ুমদা
মোমোন মী নোক্না লোয়ননা
খুদোলপোৎ কয়া পুবদুনা
য়াবী কয়া শান্নখি হবাও তযায়া ঐখোয়
নোকমিন্নখি
হবাওনা চামিন থমকিন্নখি অবৈবা খবা
ঐগী লাযববা খাংপোক
ঙসিসু লেপ্লি অসুমক তুবোয় ঙাল্লোই।
হোংবা নাইবা পুন্সিনি
পুন্সিনা হোংই মীৎকুপ খুদিং
ঐগী পুন্সি
অদুগা
ঐগী য়ুমদি
হোংবা নৈতে ঙসিফাও
অদুমক ওইবি অদুঙৈগী অদুঙৈ।
ঐ শিদ্রি
নহাকসু শিদ্রি হায়বা খঙই
মবমদি

নহাক শিবগী পাউ তাদে ঐ।
তাইবঙ অদি নুশিদ্রা
ঐগীদি
অরাবসিনা নুংঙাইবনি
নুঙাইবসিনা অরাবনি।
য়েংঙুনে পাইবিবসে
অমম্বা অহীং অসিদা
অহীং চাক্তাবী মকুনা
তাওনে খোংলিবসে
কু কু
ঐদি নুংশিখ্রে ওম্থোক্লা
মকুগী খোঞ্জেলসে
খঙদে কনাগুম্বগী মফমদদি
কি তুকচ্চবমগনি,
অশিবগী পাউজেল পুবা উচেক্কী খোঞ্জেলবু
তানিংগদগে কনানা
তনিংলোই
কনাসু তানিংলোই।
অদুগা তাওনে
খোংউপ বুটকী মখোলসে
ঐগী থোঙগী রাংমদা
কবিবু হায়বিবনো, কনাবু থিবা লাক্লিবনো
ঐগী য়ুম অসিদবু।
নোংমৈগী খোঞ্জেল
কন্নুক্কী মনম
চাক্কা তোক্তুনা চাবি ঐনা
নুমিৎ খুদিংগী শেগায়ববা ঐগী খাংপোকনুংসিদা।
নুংতিগী লাকই লৈবাকনিংবশিং
লাক্লম্মী চংখি
লাক্লম্মী চংখি।

খাকি শেৎপশিংসু
হেক হেক লাকই
মখোয়না চৎথ্রবা মতুংশিংদা।
য়েংঙু
য়েংঙুনে ঈগী তুবেলসে
ঈগী ঈবাওখোল
ব্রা ব্রা ঙংলদুনা চেক্লিবা
অশিবা কয়াগী হকচাংশিংবু চেন্থবদুনা
কবি লমদবু পুবিবা।
ঈগী তুবেল অসিদা
ঈবোয়দুনা শান্নবিবা অঙাংশিং অসিনা
কবিবু পাল্লিবা, কবিবু তাল্লিবা।
ঐনা খল্লি
নহাক সোইদনা লোৎলমগনি
ঈচেলসিগী ঈবোলনুংদা
নহাক্কী ব্রাকৎ, নহাক্কী খোঞ্জেল
ঈবাওখোলনা নমহৎলন্নগনি। ❑

## পল

অচৌবা পল অমনা
থত্তুনা লৈখ্রে
নঙগী ঐগী মবক্তা।
পল অসি অসুম্মক লৈবসনু
অসুম্না খল্লদুনা ঐনা
খক লাম্থোক্লবা হোৎনকদ্রে।
মখোয় কয়ানা খুনাই অসিদা হিংলিবা
শেমগৎখিবনি ব্রাংলবা পল অসি।
লানবা ঙল্লবোই কনানা
ব্রাংখিবনা পল অসি অসুক্কী মতিক।
ঙম্বদি য়াই কনাগুম্বা
মখৌনা লৈবা মী অমনা।
পল অসিনা মবম ওই
পাউ ফাউনবা ঙমখিদ্রে লমদম অসিগী
ওইখ্রে নহাক মীবৈবাকচা, ওইখ্রে মীতোপ
লাপ্লখ্রে শকউনখিদ্রে ঐখোয়।
ঙসিসু শাগৎলবি পল কয়া
থম্মোয়গী পল
খুনাইগী পল
পল্লোন কয়া কয়া
ঐগী ইবমদম ইবৈচাশিংগীলক্তা
পলশিং অসি শন্দোকখ্রি অসুম অসুম,
ব্রাংখৎলক্লি অসুম অসুম
অমগা অমগা শকউনবোইদৌবি
পাউ ফাউনবোইদৌবি। ❑

# অপাইবা দোলাই তোংদুনা

মূনা মূনা যেংলক্নি
শকখঙদবা অসিনা ঐঙোন্দা।
ঐনা চৎলুবা খূদিং লৈবক্সী
মীযাম তিনফমদা, পার্কতা, হোটেলদা
অদুগা চীংয়াদা।
ফিজোল অমুবতমক শেংলক্সী
কবিগুম্বদা নুংশিনা যেংলকই
কবিগুম্বদনা শাউনা যেংলকই।
লৈ অমা পাযবদুনা
মোমোন মোমোন্নবা মীৎযেংনা
ব্রাদি অমত্তা ঙাঙদনা
ঐবু কৌবক্লি খূৎলাম তোযনা।
মংগী মতৌগুম্না শুম্বাৎতুনা চঙশল্লুই নোংমদি
মহাক্না চেজেৎ কোনশনখি ঐবু
অমুক হনবা য়াববোই হাযবকই
অদুগা লৈগী দোলাইদা তোংহন্দুনা
পাইহল্লকই ঐবু
পাক্লবা অতিয়াগী ঈপাক্তা।
শুম্বাৎলবা ঈশৈ কয়া শক্লকই মাযকৈ কযাদগী
কাউহনখ্রে ঙম্না
পৃথিবীগী অৱা নুংঙাই
অমুক হনগে খল্লুদ্রে
পাইদুনা অসুম লৈনীংলে
মপান নাইদ্রবা ঈপাকসিদা
য়ুংনা ফৈনা অমদি চেপ্পা। ⌋

## লমন

উজাউ অসিনা পীবি উকম,
নুংশাগী মৈশানা কাথেক্লদুনা মীওইবা কয়া
উকম অসিদা লাক্লুনা পোত্থাজবে।
অদুবু মখোয়না নোংমতা
উজাউ অসিগী ফনবা
কবিবু তৌবিম্রবগে?
শীংজং পায়দুনা লাকপতনি
অদুগা যৌবাংলবতনি
যাঙ্খৎলগে হায়না
কান্নবা লৌগদবগী মবন্নাইগী,
মযূম শাগদবগী
থোঙ থোঙনাও অমদি ফান চনগদবগী। □

## খোঙদাফম

তেবাপাইবীনা পাইবি পম্বুং খঙদনা অসুম
ৱাংখৎখি অসুম ৱাংখৎখি
মীৎয়েংগী ৱাংমা লান্না চৎখি।
পৃথিবী, পৃথিবীদা লৈনীংদ্রমাল্লে।
তানীংদ্রমাল্লে মীকপ মীবাওখোল মীশি মীনাগী
হাৎন শুনবগী, লানফম ওইববা পৃথিবীগী ৱাবী
য়েংনীংদ্রমাল্লে অকি তুজুংলবা থৌদোকশিং অসি।
অদুবু মহাক শোয়দনা হল্লকখিগনি
পৃথিবীগী লৈমায়দা,
মহাক্কী খোঙদাফম লৈতে পৃথিবী নত্তনা।
ৱাববসু ৱানা
পামদ্রবসু পামদনা
পাশ্বী ওইনা হৌবদবা যাদে
মপৃ ম্যাগী থৌশিলনি। ☐

## ঐখোয়গী খুল, ঐখোযগী য়ূম

উজাউশিং অসিনা ইকোয কোযনা লেপ্লদুনা
ঙাক শেল্লি ঐখোয়গী খুল
নুংশিববা খুল অসি।
অকনবা নুংশিৎ লাকখি
মায়বোং য়াবদুনা উজাউশিংসিনা
ঙাকথোকপিদুনা
তেকহন কায়হনবিবমদ্রে ঐখোয়গী য়ূমশিং।
অদুগা কবিগীনো
কদায়দগী নুংশিৎনো
*অথিংবা নৈতনা কন্না শীৎলক্লিবা,*
খাঙবা ঙমদ্রবা অকনবা শহুম
মদুনা য়ূম অমগা য়ূম অমগা
লাপথোক্লহল্লবিবা?
য়ূম অমদগী পাইথোবকপা অকনবা ব্রাহ্নেগী চৈফূনা
য়ূম অমদা থেংলবিবা।
শম্বল ঙম্না খাজিনখবে
অমগা অমগা শকউনখিদবে হৌজিক্তি।
য়ূম অমগা য়ূম অমগগী মবক্তা
হৌজিল্লক্লে
অচৌ অচৌবা উজাউশিং। ☐

# অথৌবা

অমম্বা,

অমম্বগী মখূৎ
অসুম শাংদোবকপা
অসুম শাংদোবকপা।

লাই খূৎশাংবী

কোতি কোতিগী খূৎয়াম
ময়াম অদুনা পূল্লপ শমজিন্নবকপা।
অকিবগী মশক্লি
হিংচাবা হিংচাবী ওল্লকপসি
ঙম্লমক্লা।
ঈ থক্কুদবগী ঙাইবিবা
অমনা অমগী হকচাংদগী।
কনানো অমদি লাক্লনি
মহাক্লা ঙম্লমক মী ওলহল্লগনি।
লাউ অথৌবা
মকপ শান্নসি, খূৎ শোক্লসি।

কলম,

অথৌবা নঙগী কলম
ঐনা পাম্মী
মদুনা খূৎলায় ওইহনগনি
থাঙ অমদি নো.মৈ মাযবোং য়াননবা
অদুগা
লাই খূৎশাংবীশিংগী মখূৎ কক্লনবা। ☐

## শাইওন

মবূক লান্নবা ওকশিংনা
খোংলক্লিবা তাঞ্জাসিদা হৌনা হৌনা,
মীনা ওনবা ওকশিংদি
চামল্লদুনা ওথোকহৌবি
অদুগা থবো মালো ওলহৌবি
ইবোইগুম্না লৈখোমদা
নিংথম্বা খঙদ্রবা ইবোই ফাওবনা
নিংথন্নদুনা লৈওনবিবদ্রবা
কোংকূৎ অদুদা।
নোং ঙাল্লকপদদি
হৌদোং ওল্লদুনা থোবকই
মচীঞ্জাক কোয়না থিবকই
হূবান হূবান্দুনা চাবকই,
চাশিন থকচিল্লুবগা
হূই ওস্নক্নুনা গৌ গৌ খোংলকই
অউ অউবা চীক্লকই।
নুমিদাংৱাইগী মতমদা
খোঞ্জেলপূম্না শিথবকই,
অহীংগী মতম ওইবকপদা
কোংকূত্তা য়াতাবৈ।
মতৌশিংদুবু উবদা নুংশিবদুনা অশিবনা
তপ্না তপ্না লেকপিবৈ
উনগুম্না ঈংলবা হকচাংশিংদুদা
অদুগা থোঙ্গৎলদুনা মনঙ্গনদা মথং মথং
পোবদুনা পুখি
শিন্নগদবগী অযূক্কী নুমিত্তা
চংখি অমম্বগী মশাইকোন্দা। ❏

## অকংবা অমসুং অশংবা উনা

নুংশিৎ অমুক অমুক শীৎলকপদা
স্বাই স্বাই কেল্লকই
অকংবা উনা চবুন চবুন।
তাবকই মালেমথক্তা।
অশংবা উনাশিংনা
নোক্ল নোক্লদুনা
জগোয় শাহৌই হবাও তযাম্না
ঈশৈ শকহৌই নুংঙাইনা
নোংমদি মখোয়সু
অকংবা উনা ওইনা
কেল্লগনি হায়বা কাউথোক্কুনা। ❑

# কবি

কবি অমা
ফন্নি কৈথেলদা
কবিগী কৈথেলদা।
য়োল্লি মথা মথা
মহাক্কী শৈবেংশিং।
শৈবেংগী পোৎলক্তা চঙদুনা
শৈবেং অমতং খিকই লৈগে হায়দুনা
য়াওবমদে অপান্বা শৈবেং।
হল্লকই নীংবা কায়না ইথন্তা।
অসুম্না চৎলিঙৈ লম্বীদা
থেংনবে ইখঙ খঙহৌদনা শৈবেং অমা মখোঙনা চৎলম্বা,
মপূ পান্দবা শৈবেংদু
ফাদুনা পুবকই ফূবিংখাউদা হাপচিন্দুনা
অদুগা য়ূম য়ৌবকপদা
থাজিনখি ঐগী শৈবেংগী শঙ মনুংদা।
যেনগুম্না কোক কোক খোংলদুনা
কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবকই ঐগী শৈবেংনা।
মচীঞ্জাক হেক হেক থাবিবদা
কয়াদা হবাওজনা য়েংলকপা
ঐঙোন্দা। ☐

# কাপথোবক্রুবা নোংমৈ মক

কাপথোবক্রুবা মকনি ঐ
ঐনা পাল্লুগদৌবিবসি কবিদনো ঐ খওদে
ঐদি চুমদ্রিং চৎচবনি।
কাপ্লিবা মী অসিগী পান্দম
ওইবন্বা য়াই লাঞ্জদ্রবা মীচম অসিদা
নৎত্রগা মবালনা মপোৎ ফাববা মীসিদা।
মহাক্কী মীৎয়েং শোযববদি
পাল্লুগনি ঐনা নুপী অসিদা
নৎত্রগা অঙাং অসিদা।
মখোযগী হকচাং মনু‍্দা চঙশিন্দুনা
লোত্তুনা লৈগনি ঐনা
ঙল্লগা ফাওদোক্তুনা চেনখিনি
নাবক শিংলক্তা লোৎলুগনি।
ঐনা লোৎচৈ হায়বদুমঙায়
কনানসু ঐবু থিবক্লোই।
অদুবু অকিবা অসিদি অসুম্মক কোক্লবোই।
অমুকসু পাখৎচৈ ঐনা
লাক্কদ্রা নাউবী পায়বা অঙাংশিং
খূল্লগদ্রা মখোয়না ঐবু?
হন্দক্তি হায়জবগনি
কপ্পুনা অমদি মখোঙ কোন্দুনা
"ঐবু অমুক হন্না মক্ক ওইহনবিবনু
ইবালগী মথক্তা ইবাল ল‍্শিনবিবনু।" ❑

## পাউখুম

খোঞ্জেল অমা তাবি
খোঞ্জেল অসিনা কৌবি ঐবু
অদুবু ঐ চৎপা য়াদে
খুম্বসু য়াদে
তুমিন্না লৈবা তাই।
চৎকদবা লম্বীসিদা
তাবিবা নূংদুমশিং
মচা অমতসু খুন্দোক্লমগে
অদুগা খুন্নগে "লাক্লগে" হায়না
অসোম ব্রাংমগী লম্বীদা চৎননবা। ❑

## নুংশিৎকী শাফূ

থোঙ লোনশিল্লবা কা অসিগী মনু্দা
ঐখোয মযাম নুংশাস্নব হোল্লি
ব্না ঙাঙলি অদুগা খন্ন-নৈনবি
ঐখোয়গী মবমদা অদুগা কা অসিগী মবমদা।
ঐখোয মযামসি অনাবমক্তা ঙাযবে
কা অসি পীকমল্লে হাযবদগী হেন্না
অতৈ থোইদোকপা খন্ননীংঙাই লৈতে।
কাচিন অমদা চঙশিন্দুনা ঐনা
কোযনা যেংই কা অসিগী মফম খূদি্মক্তা
কদাযদা কবি লৈবগে,
থোঙনাও খূদিংমকসু লোল্লি থোঙদা নত্তনা
অহোবা মখূল অমখক্তি থে্নবি ফক্লাংদা,
চঙশিন্দুনা যেংলুবদা উই
ফীবাল অমা পাইবি ব্না্না
উচেক অমনা লাম্হোক্লুনা পাইখি ফীবালদু,
মচীদি লেঙদনা মাগী লেপফম
ফব ফব হাইহৌবি ফীবাল।
হয়িং ওন্দুনা পাইথোবক্লে ঐ
নীং তম্লীংবনা ঈখৌ লাংলদু্না
ফক্লাংগী পীকপ্নবা মখূল অদুদা।
অকনবা নু্শিৎনা হুমজিল্লকপদা
নীংতম্না পাইবদি লাযবদুনা
উফূল্লক্তা তিলহল্লদুনা ঽমদো্বক্লে লাপ্না, যাম্না লাপ্না
অকনবা নুংশিৎকী শাফূনা
ফীবাল যুংলিবা মফমদুদগী।

## কবিগী নোংমৈ মখোল

চৈনা,
মীনা মীবু ওৎপগী।
মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ৱাবনি
খাঙঙমদবনি, খোয়শাওনবনি
অদুননি
ঙসিগী মালেমদা
ঐখোয়না তাবিবসি
নোংমৈ অমদি বোমগী মখোলশিং
মীকপ মীবাওখোলশিং। □

## শীংনবা

মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীনা
শেম্বিবকই নীংথিববা উমং অমা।
ফজম্ববা উমংসিবু
কোকথোক্নুনা থুগায়দুনা
শক্তম ওলহল্লকই লেপ্তুনা মীওইবনা।
হেন্না ফজবদি লাযবদুনা
ওইববে শোইনাইবা শক্তম অমা
অবোইবদা উমং অসি ওইববে লৈকংলা।
মীওইবগী হকচাংগী কযাংশিং
চাকখাউ, ফীবাক অমদি থবোম্বী
পোল্লকপদা নীংথিজনা হাপ্লিবকই মহৌশানা,
ঙম্নমকসিসু থুগায়ববে মথন্তা মীওইবনা
লৈবাক্লা শাবা শক্তমগুম্না
অমমম্তা ওইনা। □

## হল্লমদাইগী মতমদা

যাত্রিকশিং ক্রিক ক্রিক ইন্নবি
মপোৎ মচৈ থোঙ্গৎনবদুনা
মাগী মাগী বর্থতা চঙশিন্নৈ।
তোঙান তোঙানবা লমদমদগী
লাক্লবনি মখোয।
তোঙান তোঙানবা লমদমদা
চৎনবনি মখোয়।
মবম অমমম্গী
চৎনবানি মখোয।
মবম অমা লৈদুনা
লাকপনি ঐসু।
য়ৌবৈ খঙহৌদনা
শকখঙদবা লমদমসিদা
চহী কয়া লৈবক্লে
ফমজা চাদুনা।
পাঙথোক্লমদ্রি ঐঙোন্দা শিন্নবকপা থবক্তি ঙসি ফাওবা
য়ূমদা হনবগী মতমদি য়ৌশিল্লক্লে। □

# চীংনুংদা খোংবা

পাক্লবা ঈপাকসিদা শৈবেংগী
ঈবোইদুনা শান্নবিবসি য়েংঙু নুংঙাইনা
নুপীশিংনা
নুপাশিংনা
মফি মবোল পূগ্না লৌথোক্লদুনা।
ঈপাকসিগী তোর্বান্দা
মীওই লিশিং লিশিংনা
যেংদুনা লৈবিনে খৌবাংনা
মখোয়গী নুংঙ'ইবদা শক্তক যাবদুনা।
নঙদি কদায়
চীংনুংদা খোংদুনা লৈবে
চীংনুংগী তাম্না ওইনা
নশক্তি উবা ফংদনা।
কৈ লমহূই লমওক্লা
তাবা নত্তনা কন্যানবু
তাবিগনি নঙগী খোইথুন্নবা খোঞ্জেল। ❑

# ফংবা ঙমদবা

সমুদ্র কয়া লাল্লক্লে
লৈকংলা কয়াদা চৎলক্লে
অদুবু ফংবদি লৈতে ঙসিফাও।
চোকথবক্লবনি ইখোঙ অসি চৎমন্দুনা
পোত্থাবদি য়াদ্রি খক
মবমদি
ফংদ্রি থিবিবসি ঐনা।
ও! উবে হৌজিক্তি
পুন্সি মমৈ ওইশিল্লকপা কালসিদা
লৈবে ইবং লংনা অথাপ্পদা
অদুবু কবম্নদি চঙশিল্লুগনি অসুক লাপ্পসিদবো
য়ৌদ্রিঙৈদা পুন্সি পিখম্নবনা হাল্লগনি।
পাঙ্গল পূম্বা ময়েং তাব্রে
খোঙ থাংবা থোকচিল্লক্লে
নুংঙাইবিবদি মশক উজবা ফংজবসিনি
খূৎনা শোক্লম্বা ঙমদ্রবসু। ☐

## কৈ নত্তে

ঐগা যেনগা ব্রাবী শানৈ। ঐনা হংই ঃ

— কনা লাকই?

মানা খুন্মী ঃ

— কনাসু লাক্তে।

— অদুদি কবিগীনো নঙনা লেপ্লিবা

কনাবুনো নঙনা যেংলিবা

নঙক থাঙ্গৎতুনা, পৈথোক্তুনা?

— উই ঐগী ইমীত্তা

অঙকপা কৃশ্মে অমা।

— কবি কৃশ্মে?

— থবোই অমা

নেৎখাযবিবন্না

মিনুংশি খঙদনা

কৈ অমনা।

ও! কৈ অসি

চঙশিনখ্রে উমং তম্না

তপ্না তপ্না।

যেংঙু তু নঙসু।

ঐনা যেংই কৈ নৈব্রা হায়না

কৈদি উদে।

— নত্তেনা অসিদি

মীনিনা, নোংমৈ পাযবা মী।

খাকি শেৎপা

তুপী উপ্পা মী। ❑

# ঈপাকসিগী কৃম্মৈ

চাউববা ঈপাকসিদা
শান্নজবি লেন্নৈশিং
তোঙান তোঙানবা ঈচেলশিংনা পুথবকপা।
অমদগী অমদা
কোযচেন চেন
কোয়বাং লাং
অঙকপা কৃম্মৈনি য়েংলবদি।
অপীকপদগী অচৌবা
মখল শুবে তিল্লবিবা।
ঙাজাওশিংগী মখযাত্তা
চঙখি অপীক অপীকপা ঙাশিং
মশানা যানা কবিসু চিংনদনা।
মবুক নোযববা ঙাজাওশিংসিনা
ব্রাবী লীবি,
মখোযগী অকোযবদা
ব্রাবী তাবি ঙাকৃপ লিশিং লিশিংনা
অদুগা পাউতাক লৌবি হিংনবগী। ❑

# ফক্লাং অমসুং পুনা

কা অসিগী মপান্দা থোক্লবদি
মরূপকী মরূপ ঙাক্তনি।
উ-রা, চীং, তুবেল
ঐগী মরূপ ঙাক্তনি।
থোঙ লোনশিনখ্রবা কা অসিদদি
কনা লৈবি ঐগী মরূপ
ফক্লাং অমদি পুনা নত্তনা।
ফক্লাং অদুগা পুনা
অসুক্কী মতীক তমথী
অদুগা অসুক য়াম্লসু উপায ওইনৈ
যূম লিংবদা মীওইবগী। □

## হাঙলক্লবা ঈশিং পুন

অচৌবা ঈশিংগী পুন অমা
ঈশিং পীক থন্না হাপচিল্লগা
পীবন্মী নিংথৌনা মন্ত্রীদা
পীকনবা লায়ববা চন্দ্রকংনালদা।
মন্ত্রীনা অমুক শিন্নবকই মখা থাবা অঙম্বদা
অঙম্বনা অমুক মনাইদা
মথং মথং শিন্ন শিন্নদুনা লাকই।
ঈশিং পুবা মীশিং অদুনা লম্বীদা
থৌবাংলক্লুনা থক্লখিবদগী, খাই খাইদুনা খজিক খজিক
মমৈদদি ঈশি, অমত্তসু যাওবমদ্রে।
অহাঙবা ঈশিং পুন ওইনা
শিন্নবে লায়ববা চন্দ্রকংনালদা। ⌋

## মৌ অহল অমসুং মৌ অতোনবী

ওম্বোক্লা থীনা খৎনখ্রে
মশমগা মশমগা
ফোয়নদুনা, যানা চীক্লদুনা, খৃজিলনা খোৎনদুনা
মৌ অহলগা মৌ অতোনবীগা।

ঙসি অযূক
মৌ অহলগী মচা পীশক্লু
থম্লম্মী মাঙ্গোলদা অদুগা চখোকখি থবক অমা।

মখোঙ মখূৎ কাওবদুনা
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা
কয়াদা হবাওনা শান্নখ্রে।
মতৌ অদুদা মৌ অতোনবীনা চঙশিল্লক্লুনা
লক্লববি অঙাং অপীকপদু
"ইয়া ইয়া! হৈ ননাওমচা।"

মৌ অহলনা হঁঞ্জল্লকপা তাঙ্গা থোক্লবে
মীৎচান্নকবে মৌ অহল অমসুং মৌ অতোনবী
মঙক ফেৎ হাইদোক্লদুনা
গম গম থোকখি শাউনা মৌ অতোনবী। ❑

## মেঙ্গো বাইট অমসুং কোফী বাইট

দুকান মনুংদু পূমনিল নিল্লি
মিঠাই অনী খংনবদা
মেঙ্গো বাইট অমসুং কোফী বাইট।
"ঐনা হেল্লি শক ফজবা।"
"ঐনা হেল্লি।"
শুগৎনৈ অমগা অমগা
মগুক ফেৎ হাইদোক্রে।
মেঙ্গো বাইটনা অমুক লাউবকই,
'নঙদি চাথোকত্রগদবনি,
যেংঙু তু মিঠাই লৈবা মী লাক্রে।"
তাঞ্জাসিদা চঙলকই মিঠাই লৈবা মী
পৈশা থাদবকই, "মেঙ্গো বাইট পীযু।"
মচীন কনবা মেঙ্গো বাইট
যানুংদা চঙখ্রে মিঠাই লৈবা মীগী।
"তস পেল্লিদা"
কপ্পী থোক্না লাউহৌই কোফী বাইট।
থংনবা মীকুপ্তা নিঙাই চাউবা অঙাং অমা
মপাগী মতুং ইন্নবকই
কোফী বাইট লৈবিযু নিঙাই তৌশল্লকই।
হৈমাং কাংলক্রে কোফী বাইট,
হায়না হায়না পৈশা থাদবক্রে
কোফী বাইট পীযু হায়বক্রে
চেন্দুনসু হিংলোইদৌবে। ❑

# লুখ্রাবী অমসুং য়ুম্লোন্নবা

কর্ফিয়ু চলাইখ্রে গ্রেটব ইম্ফাল
মপান থোক্লখিদ্রে মীওই অমত্তা
মী অমা অনীদি চৎনৈ
সি আব পিনা লাউখি
থংনবা মীকৃপ্তা শেং শেং।
নোংমগী চবা তাঞ্জবা লুখ্রাবী
কবম্নদি তৌনি
খোঙ শাংনা তিংথোক্লুনা নুংশা য়াইবা নত্তনা
মচা অনাবদুগী ব্রাখলদ' ফুম্বংননা।
কর্ফিয়ু চলাইখিবদি নুমিৎ হুম্নি শুজিল্লক্রে
চবা হেনবা নুমিৎ নীনি শুবক্লে
হীদাকসু লৈত্রে মচাগী।
য়ুম্লোন্নবদা লৈবা
শেঞ্জাও পায়বা মেবাজাও
দুকান লোনশিন্দুনা স্বাব খেনফম লিংখৎলি
কদায় কদায়দগীনো ফাওজিল্লকই মকপ মপাঙশিং
য়েন থোঙ্গৎলি য়ু লৌকই লাম্লক্তা
যা যা লাংখৎলকই, নোক খেগৎলকই
খোঙ্গ্রায় নীক্লবদুনা স্বাব চে তোৎলি, শৎলি।
খুবক্তা চপ্পা চুকট মচৈগী মৈখূনা
হবাও তয়াম্না জগোয শাগৎলকই
অদুগা ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা
থোঙনাও লান্না পাইথোবকই
ঙাথু থেংথুদুনা শান্নবৈ উশিং থৌওইদনা
লুখ্রাবীগী নাতোন শুমাঙদা। ❑

## অমুবা অমসুং সনামচু

সনাগী নৈচীলশিংনা তুম্পক তুম্পক
মচী মচীদা লেপ্তুনা
সনাগী মঙাল চাইথোক্লি
ঙসিগী নুমিদাংৱাইবমসিদা।
সনা মচুনা শঙলবা ঐগী হকচাং
সনা ওইববোই খল্লুই মীকুপ খবদি।
তপ্না তপ্না মাঙখি নৈচীলশিং
অমুবা মচু ওল্ল ওল্লদুনা
অমম্বগী লমদমদা লোৎখি
থাজকুবগী ৱাংমদা।
ইশা ইথস্তা যেংজবদা
অমুবা কুচু ওল্লন্নে
মৈঙালদা চঙদুনা যেংবদসু
অসুম্মক ওইদুনা নৈবে অমুবা মচুগী মী
ঐদা নত্তনা মীপুম খুদিংমক
নুমিদাংগী মতমসিদা। ❑

## শৈবেংগী লমদমদা ঐ

শৈবেংগী লমদমদা ঐ
নিংথৌ ওইনা পাল্লি নুংঙাইনা।
চানীংবা চা থক্লীংবা থক
কবম্না লৈবাক ঙাক্কনি খঙদ্রবসু
নুংঙাইনা পাল্লি।
লাযববনা কনা
ইনাকখুনবনা কনা
ঐ লোইনা খঙই
ঐ লোইনা উই
মখোয়গীদমক্তা কবিসু তৌবদি ঙম্লুদে,
কল্পনাগী ময়ূম অমমম্ শাবিবা নত্তনা।
লৈঙাক শাসন পায়বিবা মন্ত্রীশিং
মীতোপনি ঐগী ইফমদদি
মখোয়না ঐবু অঙাওবা ওইনা উই।
ঐনসু লাউথোকখ্রবনি
মখোয়শিংসি মীতোপনি, অঙাওবনি।
ঐনা শিখ্রবা তুং
ঐগী প্রজাশিংনা
লৈ খুজোক খুজোক কংলক্কনি ঐগী মোংফমদা
মীতোপশিংসিনদি কবিবু তৌবিরগনি
ঐগী মোংফমদা লাক্কনা
মখোঙনা নেংখায়ববা নত্তনা। ❑

## নুংগী শক্তম

যুম অসিগী মপাঙ্গোংগী শক্তম
ইচম চম্মী, লৈতেং কবিসু য়াওদে।
অদুনা লম্বী চংপা মীশিংনা
হন্না যেংলমদে
কবিসু নত্তবনি খন্দুনা।
ঐদি ইয়া য়ানীংদে
অদুনা চঙশিন্দুনা য়েংলুই
থোঙ নম্লুই, গে হাংদোবকই।
অঙকপনি লৈতেংলম্বশিং
হীবা, মনিমুক্তা অমদি সনাগী টেবল চৌক্রি
কোন লীক উপু কাংথোল
লৈনুংগী কা মণিনা থাম্লবা
নুংশিববা লৈনম
মফম খুদিংদা শন্দোক্লিবা।
নিংথৌকোলগী কানবু হেনগদ্রা
যুম অসিদগী ?
কনানবু শাবন্নিবা যুমনো
মী অমত্তসু লৈবমদে
ইচীক চীকই।
নোংমদোনদগী হেক্লবা থব্বানমিচাক্লা
কাচিন কোয়া শীন থুংনা
কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লিবা?
ঐ খঙই যুমগী যুম্মুদুনা
থাদোক্লম্লবনি যুম অসি
লম্বী চংপা মীওই কনানা মীকুপ খবদং
লৈননবা হায়দুনা অব্বাবা পোত্থাদুনা।
চান থক্লবা হৈ-বাশিং
খিন্দুনা লৈবিবা মথেল মথেল
খঙবিদদুনা
মিতাবমদনা চংব্রেদো লম্বী চংপশিংসে। ❑

## মন্ত্রিগী ব্রাখল

ঙবাংদি ঐনা উখি
মীশিং অসিগী মমাযবু
লুপা চাম্মা চৎপী ওইনা।
ঙসিদি ঐনা উবে
মীশিং অসিগী মমায়শিং
চমাঙা চৎপী, লিশিং চৎপী ওইনা,
অদুদগীদি লিশিং তবা, কুন, কুম্থ্রা
অসুম হেঙ্গৎলক অসুম হেঙ্গৎলক
হয়েংদি উবগনি
মী মীগী মমাযশিং অসি
লুপা লাক্ষ ওইনা
লাক্ষ অমা
লাক্ষ অনী
লাক্ষ অহুম
অসুম অসুম য়ামখৎলক্লনি
ইলেক্সনগী মতম মতমদা। ❑

## টৌটি তাবক্তবা

"ঈশিং থাবকউ, ঈশি, থাবকউ
টৌটি তাদ্রে।"
'থাম্রবনি, থাম্রবনি।"
"তাদি তাবক্তনা, থাম্রে হাযবগা হেক্তা যাব্রনে?"
"খঙদে খঙদে, থাম্রে হায়দি থাম্রে।"
"অদু তাবক্তে হাযবনি।"
তাবক্তগা তোকচবেদনা।"

ঈশিং থাম্রেদি হাযবকই
টৌটিদা শুংতা তাবক্তে।
টৌটিগী কোঞ্জিল অসি
ইকং কংদুনা অসুম্বক লৈবে
কুইবে অসুম্না লৈবক্লিবা টৌটি তাদনা। ⌋



Konsam Kulladhwaja was born on 18th August, 1959 He has to his credit three Manipuri novels, three books of Manipuri poetry, one book of translation and two anthologies of poems written by Manipuri poets Besides these he has translated many poems from Manipuri to English which were already featured in souvenirs and anthologies published by various literary organisations in and outside Manipur An inhabitant of Sagolband Tera Khuraijam Leikai, Imphal, K Kulladhwaja is now serving as a Free Lancer A recipient of Senior Fellowship Award in Manipuri Literature, he also associated literary organisations like Manipuri Sahitya Parishad, Imphal and Writers Forum, Imphal